# ভূমিকা।

শ্রীমদ্ভাগবত পাবাসীংনা ভারতীয় জাতিগী ধর্ম্ম, কৃষ্টি, সংস্কৃতি, ইতিহাস, ভূগোল, কলানাচিংবা নিংসংবদা নুংঙাইনবগী দমক মিতৈবোনদা ভূগোল, খগোল, ইতিহাস অমসু সংক্ষিপ্ত নাট্যশাস্ত্র ইহনা থুনা ফাংনবা ছাপা তৌবি,— মাদুগী মনুংদা লাইবিক মচা অসিনা ভূগোলনি মতম অসিদা ভারতবর্ষগী থোংদোক অনি থোকই, মাদুদি নয়াপয়সা অমসু অনৌবা পঞ্জিকা ঙাং অমা চংনবা হৌবা থোকই। অদুনা ভূগোলদাদি পাঞ্জিকা সংস্কারগী ব্রাফম ঃর পরিশিষ্ট ওইনা হাপলি, মাহুনা চাওবাকনা ভারত সরকারগী খোংবাংগা মশক খংবদা মতেং ঞ্জক্কুং পাংলবাদি ঐথোই॥ অব্রামন মহৈ য ল্লে নিংজগনি। মরমদি ভারতকী অনৌবা পঞ্জিকা অসিনা হাঙ্গৈরিবা ব্ব' অদু মশক খংবা ম্বা পাঙ্গল লৈত্রগা মশা মশাগী লৌনিংদবদি ঐথোইনা নমজুনা লৌ ঙ্গদে। তেইগুমসু মাসিদি পোকতুনা হিংতুনা পানলিঙৈদা চংনবা ম্মগী আধারনি, অদুনা খংদবা মৃথনা মানা খংদবগা মীবুসু মাগী অরানবা অদু চংলু অমসু অচুম্বা সংস্কৃত পঞ্চাঙ্গ অদুনা হাঙ্গৈবা ইনগনু হাঙ্গৈবদি য়াদে, মাদু খংনবা পরিশিষ্ট অদু হাপপনি, পাঠক পুম্বাদা নোল্লুকনা নিংসংঙ্গে।

গ্রন্থকার।

# খগোল লাইরিক।

মঙানন৷ চেংলৌ মশক ওইহনবা ব্রহ্ম মাহু হাঙ্গৎরগা অচৌবনা মচীঙৈদদি মথন্তা ঙাইরম্বদগী ময়াম ওইনিঙে। "বহুস্যাম্‌ প্রজায়েয়" অসি হাঙ্গদুনা মানা তাইবং ময়াম শেমই।

ব্রহ্ম মহাক্তি মঙানন৷ মশক ওইবনিনা মাবু তোঙান তোঙান থোকনা খাঙ্গদোকপা য়াদে, তাইবং শেম্বা, লৈবা অমসু লোয়বা ওইনবাগীদমক মানা তাইবং শেম্বগা মতম অমত্তদা তাইবংগী মনুংদা চংই।

লেং ওত্তবা ব্রহ্মনা তাইবং সেম্বনাচিংবা থবক তৌবা য়াদবা মরমদগী চফু মনুংদা লৈবা অতিযাগা অচৌবা অতিয়াগা মশা অমত্তা ওইবগুম্না মহাক মশামকনা তাইবং মনুংদা থবক তৌবা ব্রহ্ম ওইনা চংদুনা তাইবং শেম্বা, লৈবা অমসু লোয়বা তৌহনা "রবি" মিংখৈ লৌদুনা তেংঙাম্না লৈ। মহাকপুদি সূর্য নারায়ণ কৌই। মচেৎনা মপুং থংই, হাঙ্গবাগুম্না সূর্যতা হাঙ্গরবাসু নারায়ণতা হাঙ্গরবাসু সূর্যনারায়ণবু থংনৈ।

লেংই পাল্লিবা তাইবং পুম্নমক অসি সূর্যনারায়ণদগী থোবকপনি, মরম অসিনা তাইবং অসিবু সংস্কৃত লোনদা "সৌর জগৎ" মিং অসি কৌই, ঐখোইনা লাইরিক অসিদা বৈজ্ঞানিকী চঙ্গদা সৌরজগৎকী মশক তাকনি। মরম অসিনা মিতৈ সীংনা য়ুম খুদিং য়ুময়াইদা মৈ হৌদুনা সূর্যনারায়ণবু "যুজা"

কৌদুনা ঈড়াংলি। "মৈত্রেং অরাবনা য়োইময়াই মহুৎ সিন্না মৈ" নহাকপু থুবাং তুন্না লোমন্থনা নংগী নখৈবু তেংনা হাঈগনি।

## গ্রহ অমসুং উপগ্রহনচিংবগী মপোক।

মৈজাওদগী মৈরিকনা থোকপাগুম সুমিৎতগী অশাবা মতুম শনি, বৃহস্পতি, মঙ্গল, পৃথিবী, শুক্র অমসুং বুধ গ্রহসীং থোক্লকই। গ্রহসীংদগী অমোকসু অশাবা মতুম ময়াম থোক্লুনা উপগ্রহ ময়াম ওইখি। গ্রহ, উপগ্রহসীংনা পোকপা মপোকসিবু বেদনা হাঈ,—

ব্রহ্মণস্পতিরেতাংসং কৰ্ম্মারইবাধমৎ।
দেবানাং পূর্ব্বেব্যযুগেঽসতঃ সদজায়ত॥
(ঋগ্‌বেদঃ ১০।৭২।২)

থবক তৌবাসীংনা উতোংদা মচীন্না মৈ কামদুনা থবক তৌই, মাদুগুম্না অদিতিনা দেবতাসীংবু পোকই, লাইসেম্বা সুহানবদা মশক মমিং নাইদবা ব্রহ্মদগী মশক মমিং নাইবা তাইবং পোকই।

থানা পৃথিবীগী উপগ্রহনি, মাদুম তৌদুনা মঙ্গলগী অনি, বৃহস্পতিগী মাপল, শনিগী তরা উপগ্রহ ময়াম লৈ। শনিগী অকোইবদা থুজি অমা উবা অদু উপগ্রহ মকুপ্ ময়াম তিনদুনা ওইবনি। গ্রহসীংগী মঙান লৈতে। সুমিৎকী মঙাননা হুংদুনা গ্রহসীংগী মঙান ওই, মাদুগুম্না উপগ্রহসীংসু সুমিৎকী

মঙান চংহুনা ঙানুলি। গ্রহদুগী থোকপা উপগ্রহসীংনা মহাক মহাকী থোক্লরকফম্ গ্রহনা চিংসিনবদগী গ্রহ অদুগী অকোইবদা চৎলি। মাদুম্ তৌদুনা গ্রহসীংনা মাখোইগী থোক্লফম সুমিৎপু কোইদুনা চৎলি। মাদুম্ তৌদুনা সুমিৎনা গ্রহ পুম্নমকী মুয়াইদা লৈ, অদুনা মিতৈনা সুমিৎপু "য়োইময়াই" কৌই। অমসু মহাকী মঙাল্লা গ্রহ উপগ্রহ পুম্বু ঙানহুনলি, হাইদুনা মিতৈনা সুমিৎপু "কোরৌহনবা" = মঙান অহানবা (অথোইবা) সু কৌই। (কোরৌ = কুর, অহনবা = অথোইবা) বেদনা হাঙ্গী,—

অষ্টৌ পুত্রাসো অদিতের্যেজ্জাতাস্তন্বস্পরি।
দেবা উপপ্রেৎ সপ্তভিঃ পরামার্তণ্ড মাস্যৎ ॥
(ঋগ্বেদঃ ১০।৯২।৮)

অদিতিগী হকচাংদগী মচা নিপাল পোকই, মচা তরেৎকা লোইনদুনা আদিতিনা লাইরক্কা তিনখি, নিপানসুবা মচা মার্তণ্ড-বুদি য়াম্না লাপনা ইনথোক্লুনা থনমই (১)

---

(১) অদিতিগী মচা আদিত্য নিপাননি, মাখোই অসিবু ঐথোইনা গ্রহ কৌই। তৌইগুমসু ঐথোইনা গ্রহদি তরেৎতা থই,— মথক্কা মঙ্গলদা লৌথৎখ্রবা অদুনি, অদুনদি সুমিৎকা থাবগা স্তপনগী তরেৎতনি। অদুবু বেদনা মতাং অসিদা নিপাননি, হাইবদি বৃহস্পতিগী মথক্দা গ্রহ অমদি কাইথরে। হৌজিকসু কাইথিবা মকুপ অদু দূরবীক্ষন যন্ত্রনা এংলগা উবি মাদুবু থাদুনা বেদনা নিপাম্নি হাইবনি। মতাং অসিদা বেদনা হাইরিবা গ্রহসীং অসিদি স্তপনগী শনিদগীনা মার্তণ্ড ফাওবতবু হাইবনি। শনিগী মথক্কা গ্রহ অতৈ লৈথম্নি মাখোই অদুগী বাদি মতাং অসিদা বেদনা

সপ্তভিঃ পুত্রৈরদদিতিরুপপ্রৈৎ পূর্ব্বযুগম্।
প্রজায়ৈ মৃত্যবে ত্বৎ পুনর্মার্ত্তণ্ডমাভরৎ ॥

( ঋগ্.বেদঃ ১০।৯২।৯ )

মমাংঙৈদা অদিতিনা মচা তরেৎকা লোইনড়ুনা চৎখি. অমসুং মহাক্কা নিপানসুবা মচা মার্ত্তণ্ডবু থব্রাইপানবা পুম্বাগী অপোক অসি খংনবগীদমক হৃতিয়াদা থনমই।

মুমিংসু চাঁহ চাকয়ামুক চাংদমহনা এংলগা খংবা ঙমই, মাহুদি,—য়াম্না তপনা তপনা খজিক ২ চক্তুনা মহাক্কী মচা মশ গ্রহ, উপগ্রহসীংগা লোইনড়ুনা পরং ব্রহ্মাবু কোঁঈহনা চৎলি। তৌইগুমসু মস্তাননা মহাক্কী মশক ওইনবা পরব্রহ্মগীদি খোঙচৎ লৈতে। মহাক্তি লেংওৎতে, চৎতে। কল্প হৌগৎপদা গ্রহ, উপগ্রহ, ধূমকেতু, উল্কা অমসুং নক্ষত্রনচিংবা মশান নাইবা পোৎ পুম্নমক পরব্রহ্মদগী থোরকই, কল্প লোইরবদা অমোক মাঙোন্দা তিনসিন্দুনা লৈরুই।

---

হাঙৈদে। মাথোই অহুবুসু বেদনা মতাং অতোপ ২পদা হাঙৈ। পণ্ডিতসীংনা হৃজিকফাওবদা গ্রহ ১৩সুরে অসুম্না পুথোক্লে। তৌইগুমসু মাথোই অহু সুনা পণ্ডিতসীংনা আকাশদা পুথোকপা ঙমদরি, সুপনগী গ্রহ অহুম অমদি ইউরোপিয়ান পণ্ডিতসীংনা ফোংদোকলে। মাথোই অহুগী মমিংদি মাবু ফোংদোকপা মী অহুগী মিং পৌই, মাহুদি হার্ষণ, নেপচুন অমসু প্লুত অহুম অসিনি। মাথোই অহুম অসিবু বেদগা চানহুনা এংবদা পৃথিবীগী পণ্ডিতসীংনা হার্ষণবু প্রজাপতি বা ইন্দ্র, নেপচুনবু বরুণ=বাংবরেণ, প্লুতবু রুদ্রনি, হাঙৈ, হৃজিক্তি পণ্ডিতসীংনা গ্রহ অহুম অসিগী কুঠাগী মহৈ ফোংদোকলে। পৃথিবীগী পণ্ডিত পুম্বনা হাঙৈরে, মাহুদি গ্রহ অহুম অসিনা হায়রগী গ্রহ-সীংগী অরাংপা মহৈ অহু সুরে।

# গ্রহ অমস্তু উপগ্রহসীংগী খোঙচৎ কদোমদা চৎলি।

গ্রহ অমস্তু উপগ্রহসীংনা মহাক মহাক্তী খোরকফমবু কেন্দ্র ওইদুনা দীর্ঘবর্তুল ওইবা (এরুমগুম মমুং নাইবা অকোঈবা) লমবেন্দা ওইরোমদা কোঈদুনা চৎলি। হাঈবদি ঘড়ীগী কাঁটানা চৎপগী ওন্নৈনবরোমদা চৎলি। মাহুদি জগোই সাবদা চৎপা-গুমই [২] মরম অসিনা বেদনা হ'ঙি,—

যদ্ দেবা অদঃ সলিলে সুসংরব্ধা অতিষ্ঠত।
অত্রাবো নৃত্যতামিব তীব্রোরেণুরপায়ত।
(ঋগ্বেদঃ ১০।৯২।৬)

হে লাইসা! (গ্রহসা!) তাইবং শেমদরিঙৈগী মমাংদা নখোই ময়াম্না ঈশিং মথক্তা লৈরমই, নখোইনা জগোই শাবগুম চৎপদগী য়াম্না কল্লবা উফুন মযাম থোকখি।

---

ফুট নোট [২] মণিপুরীয় নর্তনগী বিশিষ্ট নামদি জগোই কৌই। মহাক্তি চৎ+কোই বাহেসিদগী থোকপনি। মহাক্তী যৌগিকার্থদি চক্রনা মগুলীদা কোঈ হ'ঙবনি। মিতৈনা জগোই সাবদা ওইরোমদা কোইদুনা জগোই, সাই। বেদনা হাঈ, গ্রহসীংনা মাখোইগী দীর্ঘবর্তুলাকার কক্ষা বৃত্তদা (এরুনগুম মমুং হুইবা অকোইবা লম্বেনদা) চৎপদি জগোই সাবগুম্না চৎলি, "অত্রাবোনৃত্যতামিব" (ঋগ্ ১০।৭২।৬) অহনদি ময়েক্তা তারে, মাহুদি জগোই সারবদি ওইরোমদা কোইদুনা চৎপা হৌনৈ, অমুম্না বেদনা তাকলি মরমনি, গ্রহসীংনা চৎপদি ওইরোমদা কোইদুনা

চৎলি, মাছুদি মীৎনা স্মৃতিগী উরিবনিনি, মাখিদগী চিংনবা লৈতনা থকলে, মাছুদি মিতৈনা জগোই সাবদা ওইরোমদা কোইছনা সারিবা অসি বেদগী বাএনগী মতুংইন্না সাবনি, মরমদি মিতৈগী জগোইদি বেদ মূলকনি। নাট্যবেদগী জগোই, ভারতীয় নৃত্যদি এৎলোমদা কোইছনা চৎলি। অদুনা মিতৈ জগোই নত্তবগীমখৈদি থাজৈশংবা বেদগী মত নত্তে। মরমদি থাজৈশংবা বেদগী জগোইদি শূত্রনাচিংবনা সাবা য়াদে, মরম অসিনা শূত্রনাচিংবনা শাবা য়ানবগীদমক, লাইশ্বরবারেন্দনা হাঙ্গিজনা ব্রহ্মানা বেদদগী খর ২ থৈদোক্‌না জগোইগী লাইরিক নাট্যবেদবু লেংই, অমুন্না নাট্যবেদগী মকোকমত্তুদা হাঙ্গ। তৌইগুমন্নু মিতৈগীদি বেদ মূলক জগোই ওইবদগী ভারতীয় জগোই সাবসীংনা মিতৈগী মতো তমন্নুনা মাথেংইস্নু জগোই শাবদা ওইরোমদা মিতৈগুমনা সাবা য়ামনা উরে। অদুবু মাথেংইনা মিতৈদগী তম্বনি, হাঙ্গবদি চেনবা য়ারোই। মাদুগী কোকপা য়াদবা খুদম লৈ, মাছুগী খরদি,— মিতৈগী জগোইদা ওইরোমদা লৈববু উপলে কোই, এৎলোমদা লৈববু লোংলৈ কোই, মাসি মিতৈগী জগোই সাবদা মহৌশানা চৎনরিবনি,— হোংদোকপা য়ারোই, মরমদি ওইরোমদা কোইবিবনা ওইরোমদা লৈরবদি মন্নুংদা লৈসিনবনি, এৎলোমদা লৈবনা মপানদা লৈথোকপনি মাসিগী অত্তাবিদি জগোই সাবদা মিতৈনা ওইদা চৎলি হাঙ্গবগী কোকপা য়াদবনি। নাট্য বেদনচিংবা জগোইগী লাইরিক পুমনমক্তা ওইরোমদা লৈববু লোংলৈ মপানদা লৈথোকপা কোই, অমসুং এৎলোমদা লৈবাবুনা উপলৈ, মন্নুংদা লৈসিনবা কোই। মবমদি এৎলোমদা কোইছনা চৎপগীদি ওইরোমদা লৈবনা মপান্দা লৈথোকপনি, এৎলোমদা লৈবগীনা মন্নুংদা লৈসিনবনি মাসিদি অঙাং ফাওবা খংলবনি। অদু ওইরবদি নাট্য বেদনা তাকপা জগোইগা মিতৈগী জগোইগা মকদা তিন্নদে। অদুনা মিতৈ জগোইনা বেদমূলকনি, নাট্যবেদগী জগোইনা বেদ

বিরক্ষনি, হাঙ্গৈবদি ময়েকনা' তাবনি। অস্লু নাট্য বেদনা শূদ্রনা সানং বগীদমক পঞ্চম বেদ ওইবনি, মখাংদি অদুমক মাগনি। মিতৈনা অচুবা বেদগী জগোই অসুমক সাগনি, অগ্নিমক অসুমক চুমই, হাঙ্গৈনা লৌগনি। অতৈদি ওইরগা মিতৈনদি নাট্য বেদগী মত লৌদুনা জগোই সাবা মাদে। মরমদি শ্রীগোবিন্দগী ইচ্ছাদা মিতৈবু নাট্য বেদগী মতৌ তমহনংনিংদে। মাদুগী মুৎথৎপা মানবা সাক্ষীদি, শ্রী৺গোবিন্দগী মহারাসনি। শ্রীগোবিন্দগী মহারাসদি শ্রীভাগবত রাস পঞ্চাধ্যায়গী অভিনয়নি। মাদুদা শ্রীভাগবতনা হাঙ্গৈ, গোপীনা মণ্ডলীদা কোইদুনা জগোই সাবা রাসলীলা শ্রীকৃষ্ণনা যমুনা পুলিনদা হোৌগৎলে। জগোই অদুদা গোপী অনি অনিগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণনা লৈদুনা জগোই সাই মাদুদি হৈম মনিদা মারকট মণি থম্বাগুম ফদ্রে। শ্রীভাগবতনদি রাস মণ্ডলীদা গোপীনা জগোই সাববু এৎলোমদা কোইসু হাঙ্গৈদে, ওইদা কোইসু হাঙ্গৈদে, ময়েকনা তাবদি বেদনা মূর্ত্তি পান্দুনা থোক্না রাস জগোই সারিবনি অদুনদি ময়েক্না তারে, বেদনা হাঙ্গৈবগী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণনা লিংথৎপা গোপী জগোইদি মণ্ডলীদা ওইয়োমদা কোইদুনা জগোই সাই। অদুবু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী কৃপা পাত্র ওইবা গোস্বামীনদি গোপীনা রাসমণ্ডলীদা এৎলোমদা কোইদুনা জগোই সাই অসুমনা হাঙ্গৈ। খুদমগীদমক কবি কবিকর্ণপুরনা মহাক্কী আনন্দ বৃন্দাবনচম্পুদা কাব্যগী গোমুত্রিকাবন্ধনগুমনা গোপীসীংনা রাসমণ্ডলীদা এৎলোমদা চত্না জগোই সাই, অসুমনা হাঙ্গৈ। মাসি গোস্বামীসীংনা ভারতকী সংস্কৃতিদা হাঙ্গৈবনি, অদুমনা গোপীনা জগোই সাবা অদু উদুনা হাঙ্গৈবদি নত্তে। মাদুগী সাক্ষীদি, শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপাপাত্র ওইবা সনাতন গোস্বামীপাদনা মহাক্কী বৈষ্ণব তোষণী কৌবা শ্রীভাগবতকী ব্যাখ্যানা তাকই, মাদুদি শ্রীভাগবতনা হাঙ্গৈ "অন্যোন্যবদ্ধবাহুভিঃ" গোপীসীংনা মহৈ মহৈ পাদোম সমনদুনা রাসগী

## ধূমকেতু।

মুমিৎতগী কাপথোকখিবা, মৈরিককুম্বা মশা য়াম্না পিকপা ইখবাইনা ধূমকেতু কৌবা, অঙানবা ময়াম লৈ। মাখোই অদুনা অচৌবা অত্তিয়াদা মুমিৎপু ওইয়োইননা কোইদুনা চৎলি। মাখোই অদুগী মবক্তা কয়ামুক্তি বৃহস্পতি, শনি, ইন্দ্র, বরুণ অমসু রুদ্রনা চিংশনবদগী সৌর জগৎ অসিদা লৈ। মাখোই অদুনা মা মাবু চিংশনবা গ্রহ অদু অদুগী ধূমকেতু কোই। গ্রহ অমসু উপগ্রহসীংনা চৎপদি এরুমগুম্না মযুং হুইবা অকোঙবা

জগাই সাই, অসিনি। মাদুগী ব্যাখ্যাদা শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীনা হাঙি। শ্রীভাগবতকী "বাহু"=পাম্বোম সমনবা হাঙবসি, খুজেং সমনবা হাঙনা ব্যাখ্যা তৌই। অদুগা গুরুগোষাইনা ভরত শাস্ত্রনা বাসদা মুপীনা খুজেং পাইদুনা সান্নৈ. হাঙনা প্রমাণবচন উৎলি। অদুনদি ময়েকনা তারে, মাদুদি গোড়ীয়সম্প্রদায়না হাঙবদি নাট্য বেদগী মতুংইন্না হাঙবতনি, থাঙেংশংবা জগাই সাবগী বেদমূলক ওইবা এন্দুনা হাঙবা নত্তে, খংই। মাদু নত্রবদি শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপা পাত্র ওইবা গোস্বামীনা শ্রীভাগবতনা পাম্বোম হাঙবগা খুং হাঙনা অর্থ হনবা হৌনদে, জগোইগী লাইবিরুদি খুৎকা পাম্বোমগদি য়ামনা থেন্নৈ। মরম অসিনা গুরু গোস্বামীসীংনা হাঙদুনসু মিতৈদি মাখোইগী বেদমূলক ওইবা জগোই অদু থাদোক-ফদে, হাঙনা শ্রীগোবিন্দনা তাকই। মাগ্রদি মণিপুরদা শ্রী৺গোবিন্দজীগী রাসদদি গোপীনা খুৎ ওইনা ওইদা নৈবা গোপীগী পাম্বোমদা সম্নদুনা খুৎ এৎনা জগোই থেক্নুনা সাই, অদুনা থংলে শ্রীগোবিন্দনা মিতৈবু মনাৎ থাগম্নু তাকই।

(দীর্ঘবর্তুল) লৈরেন্দা চংপা ঙাক্লনি ধূমকেতুসীংগী খোঙচংথি লৈহমনি, মাদুদি এরুমগুম ময়ুং হুইবা অকোইবদা চংপা অগ্রা, ক্যাপথোকপা অমা অমসু য়াম্না কম্না ক্যাপথোকপা অমা মাখোই অসিনি। ধূমকেতুসীং অদুগী মরক্তা ময়ুং হুইবা অকোইবদা চপ্পপাম্নীংবুদি মাখোইগী লম্বেন অকোইবদা চংপদা চংবা মতম অমসু মাখোইবু অমোকহন্না উগদবা মতমসু গনিত তৌহনা খংবা ঙম্মই। কাপথোকপদা চংপগুম্না চংপা ধূমকেতুসীংদি মতম য়াম্না কুইরগা অমোকহন্না উবা ফংই। অদুগা য়াম্না কম্না ক্যাপথোকপগুম্না চংপা ধূমকেতুসীংদি অমোকহন্না উগনি, উরোই হাঙবা করি অমত্তা খংবা ঙম্মদে।

ধূমকেতুসীংগী মওংসু মথম য়াম্মই, কয়ামুকনা শমজিমাল্লি কয়ামুকনা সুমজিৎকুমই, কয়ামুকনা ফীরান মাল্লি। ধূমকেতুগী মকোকসু মওং য়ামই। মাখোই অদুদি অমগা অমগা তিম্নদবা মৈবুন ময়াম্না তিন্দুনা মকোক ওই। মৈবুন ময়াম অদুমক্তি য়োং কোরিনচিংবা অসৌবা ধাতু ময়াম মুং ময়াম্না ওইবা ঙাক্কনি। অমসু মাখোই অদুবু অপ্পাবা মনিন ময়াম্না য়োম্‌শিনবা ঙাক্কনি। [illegible] নকনবা মরম্দগী মকোককী মনাক্তদি [illegible] ওমতৈনবা মাইকৈদা মমৈ অদু ঈরং লংখ্যাগুম উই, লাপথোক লাপথোকথ্রবদদি মথং মখং মকশিনন্না উই।

## মৈবী (উল্কা)।

করি করিগুম্না ধূমকেতুসীংনা মাখোইগী খোঙচংনা করি-

গুম্বদা কবিগুম্বা নক্লারুবা গ্রহ অচৌবা অমনা চিংশিনবদগী মাখোইগী মশা অদু কাইহুনা ধূমকেতু, অদুগী লম্বেনদা চৎতুনা লৈ। মশা কাইববা অদুগুম্বা ধূমকেতু অমগী অকাইবা মকুপ অমু পৃথিবীনা চিংশিন্দুনা পৃথিবীগী মুংসিৎ মকোঙ্গীগী মনুংদা চংলক্লবদি মতম অমদা মুংসিৎ অমগা তক্লাদুনা মৈবুন অচাক-পগুম্বা লৈপাক্তা তারকই, মাখোই অমবু মিতৈরোনদা মৈবী পাইবা কোঙ্গৈ। মাদুমনা তারকপদা খরনা লমখাংদা চাকথেকখি, খরনা লৈপাক্তা তারকই।

মতম অমদা মৈকী য়ামনা নোংতাবগুম তাখি, মাদুদা পণ্ডিতসীংনা নোংপোক্কী নিংথৌ মাংগদবগী থুদমনি, হাঙ্গনা তাং-নখি, চহি অদুগী মনুংদা ব্রহ্মাগী নিংথৌ বৃটিশনা ফাখি, মাহুদগী হৌদুনা ব্রহ্মাগী নিংথৌ পানখিদে। পণ্ডিতসীংনা ধূম-কেতু অদুগী অমোক হঞ্জনলক্কদবা মতম পুথোকই. অমবু ঐখোইনা মতম অদুদা হল্লকখিদবে, মাহু গ্রহ অমনা চিংথোকখরে, হাঙ্গনা পাও কংখি।

ঐখোইনা হুজিকস্তু অহিংদা উবা থব্বানমচাক মথি তাবা হাঙ্গবা অদুস্তু ধূমকেতুগী মকুপঙাক্তনি, পিকনা, য়ামনা তাদ্রগা থব্বানমচাক মথি কৌবনি

## গ্রহ অমস্তু নক্ষত্রগী খেন্নবা।

মঙ্গল, বুধ, বৃহস্পতি অমস্তুং শনি গ্রহসীং অসি খংদবসীং-না এংবদা থব্বালমচাক ওইসা উই, অদুনা থব্বানমচাক্কা নক্ষত্রগা

খেন্নাবা, খংগদবনি। অহানবদা,— গ্রহদি চংলি। চুমনগী থবান-মচাক্তি চংতে (৪)। অনিসুবদা,— গ্রহসীংদি মাখোইগী মঙান লৈতে মুমিংকী মঙান্না চংলগা মাখোইগী মঙান ওই, মরম অসিনা থবানমচাক ওইনা উরিবা গ্রহ অমগী মঙানদি নিকতে লেঙদে। থবানমচাকীদি মরনাইগী মঙান লৈ, অদুনা মাখোইগী মঙানদি তথক তথকই।

অযুক মুংখিন—অঙানবা মতমদদি থবানমচাকতি এংবা উদে। অহিংদা উবস্নু—পৃথিবীগী মথক্তা লৈবগী মথৈতা তং৺াই অমা অমোক্তদা মীৎনা উবদি লীশিং অহুমলোম উই, অদুনদি পুন্না থবালমচাক লীসিং তরুক্তা উবা ফংই। তুরবীক্ষীণ যন্ত্রনা এংলবদি লক্ষ কোটি অমা উই। (৪)

---

(৪) ত্রৈখোইনা বেধশালাদা উতো° মনুংদা থবালমচাক অমা উই, মতম অতুদগী হৌদুনা ঘন্টা ২৩ মিনিট ৫৬ সেকেণ্ড ৪ মুরগা অমোক হন্না উতোং মনুংদা উই, মাস্তম তৌদুনা ইতৎতত্তনা উরবদি থবালমচাক অম গ্রহ নত্তে। গ্রহ ওইরবদি থবালমচাকপু উবা অতুদগী থজিক ২ খিনথরগা উই মতাং অসি তমথৎলকইবসীংনা খংবদা য়াম্না কান্নে। যুক্তি গীদবক্তা, মুমিংকা চপমান্নবা থবানমচাক অমা থোকমিন্নে। মতম অতুদগী ঘ ২৩।৫৬।৪ সে: দা থবালমচাকনা মাগী মফমদা হল্লনলকই তৌইগুমন্ন মুমিংনা থজিক্কং সোংথরগা হল্লনলকই। অতুদগী খংবা ঙমই, মাহদি ঘ ২৩।৫৬।৪ সেঃ না আর্ক্ষদিন অমা কৌই, মুমিংকা থবালমচাকা থেন্নবা মতম অহ আর্ক্ষদিনদা তিনসিনলগা স্ফুট সাবন দিন কৌই। নক্ষত্রদিন = Sidereal day, স্ফুটসাবনদিন = Salar true day নি। স্ফুটসাবন

দিনগী অতেন অসাংদি সুমিৎ খুদিংগী মায়দে, অয়মদি সুমিৎ খুদিংগী গন্তিগী অতেন অশাং মায়দে; অমসুং থা খুদিং য়াশিংগী উনয় পরিমাসু মায়দে, অদুনা মধ্যমান সাবনদিন—Solar Mean day অমা পণ্ডিত-শীংনা সেমই, মাদুদি ঘড়ীগী কাটা ২৪ না মধ্যমা সাবন দিনগী পরিমাননি (অসু ৬ না পল অমনি অমসু ব্যসু ৬০ না অসু অমনি,— গুরু অক্ষর অমা উচ্চারন তৌবদা চংবা মতম্, অসু=প্রাণ অমা কৌই)। শক্কুগী মমিনা ধ্রুবতা হেক থিনবা মতমদগীনা তয়েংগী অমোক মমিনা ধ্রুবরেখা হেক য়ৌবদা সাবন দিন অমা ওই। সাবনদিন ৩৬৫ না কুম অমনি, মরিসুবদা ৩৬৬ না কুম ওই।

(৪) থবালমচাকশীং অসি অরংবা, থরা লংবা অমসু অমোংপা অসুম্না অহুমথোকনা থাই। অরংবা থবালমচাকতি ২০ তনি, মদুদি,— লুব্ধক, অগস্ত্য, মহিষাসুর, থবালমচাক অনি, স্বাতি, অভিজিৎ,, বানরাজা, ব্রহ্মহৃদয়, প্রশ্বা, আর্দ্রা, শূল, রোহিণী, জ্যেষ্ঠা, থাথংবা মন্তিকী থবাল-মচাক অনি। শ্রবণা, চিত্রা, ফোমাল হাউট্, মঘা অমসু সোয়ছারা। মথংগী অরংবা থবালমচাকনা ৬৫ নি অহুমসুবনা ৫০০, মরিসুবনা ৫৩০ মঙাসুবনা ১৬২০ অমসু তরুকসুবনা ৪৮৫০ নি। থবালমচাকশীংবু মচু লংবনা বুর্গ থাইদোক্রবদা তরুকসুবা ফাওবা শীং অকবনা উবা ঙমই, তরেৎসুবুদি মীংনা উবা ঙমদে। মরুনা এংঙরদি কুনসুবা ফাওবা থবালমচাকপু উবা ঙমই। হৃদিক ফাউরবদা দুরবীক্ষন য়ম্রনা এংবদা ১,০০০, ০০০,০০০,০০০ লক্ষ ক্রোট্রিয়া উবা ঙমই। দুরবীক্ষন যন্ত্র য়াম্না কন্না এংঙরবদি মায়িদরবসু অমোঙহৌরো উবনি। ঐখোইনা থবালমচাকপী মচু লংবা অমসু চানবা উরিবদি, মহাক্কী মচুগী অরংবা অমসু য়াপনবা মায়দরবদগী ময়ামগী থেংনবনি। ঐখোইগা সুমিৎকা অনিগী মরক থনবা

# ওনথোকপা থৱানমচাক।

ঐখোইনা চুমনগী এংবদদি অমত্তুনি, নিংই তৌইগুমম্মু দুরবীক্ষণ যন্ত্রনা এংলবদি চাওরাকনা উবদা তংখাই ওইনা উবা থৱালমচাক অদু থৱানমচাক অ'নি তিন্নদুনা লৈবনি। চাওরাক্লা মাহুগুম্বা থৱালমচাকসিং অদুবু থৱালমচাক তুমা ( Binary ) কৌই।

---

অসি মাসিগুম্বা শরুক লক্ষ অমা হেনগৎহনলবদি ঐখোইনা সাচুং তেল-হৈববু উবা অসিগুম্না মুমিংপু উগনি। মরমদি মুমিংকা সাচুংতেলহৈবগা মাখোই অনিসি চাওব', ঙানবা, ল'বা চাওবাকনা চপমান্নে। মুপনগী লাপথোকমন্দুনা মাবু ঐ খাইনা থৱালমচাক অমা ওইনা উবনি। মাম্মুম তৌদুনা মুমিওগী শরুক লি'সিং মনি হেন্না চাওবা থৱালমচাকপূ লাপ-মন্দুনা মঙাম্নবা নত্রগা তরুকম্নুবা থৱালমচাক ওইনা উই। ঐখোইনা হৃজিক মুমিংকা মান্নে হাঙ্গনা চা দম্নখিবা সাচুং তেলহৈবা কৌবা থৱাল-মচাক অসি নহান্নুবা ফাওবা মশক থ বদা য়াম্না কান্নে। মি'তনা মাবু শাদানবা মখুংতা শা হাংনবা তেলসিংত্রনা লৈবনি, হাঙ্গ, প্রাচীন জাতি সিংম্ম মাম্মুম্না নি'ই, অদুনা গ্রীক্লা তারি ওন কৌই। বেদনম্ম মাম্মা হাঙ্গ, অগুনা বেদনা ন'ষ্টক-সাদানবা কৌই। সংস্কৃত ভাষানা মুগবাধ কৌই,— মিতৈগী তাঙখুগনম্মু সাবেঙা কৌই, কনাগুম্বা মিতৈগী গিরিজন সিংনা বুহ্লা কৌই মাগুম্মু মাতমনা অর্থদা মান্নে। খোথচাইসীংনা হাঙ্গ-বনবু উচী মখুননি, হাঙ্গ ভাবতি পূর্ব্বকল্পদা চীঙদা উচী তাল্লিঙৈদা প্রলয় তৌরকতুনা মাগী থৱাইনা উচী মখূন মান্না থোকপনি, হাঙ্গ। ঐখোইনা মাবু উবগা মাওসং কুমৈ নিংসংই।

থব্বালমচাক তুমাগী মাখোই অনিদু অমনা অমবু চিংশিন্নৈ, মরম অতুদগী মাখোই অনিমক মহে ২ কোঙ্গীসন্দুনা চৎনৈ। সপ্তর্ষি মণ্ডলগী তরুকস্ুবা থব্বালমচাক "বশিষ্ঠ" অতুমক তুলা-রাশিদা লৈবা স্বাতি নক্ষত্র থব্বালমচাকী তুমানি।

করিগুম্বা থব্বালমচাক্তি থব্বালমচাক অহুম তিনবা, করি করিগুম্বনা মরিনা তিনবস্ত য়াওই।

থব্বালমচাক খরদি মঃখোইগী মঙান ( মচু ) হোংই। অসিগুম্বা থব্বালমচাকপু মচু হোংবা = পরিবর্তনশীল ( Variable Stars ) কৌই। মায়ামতী কৌবা থব্বালমচাক অসিমক মঙান হোংই, মাতুদি মুমিৎ নিনিগা পুং ১১ অতিয়া থব্বালমচাক-সীংগী মমুংদা অনিসুবা কাংলুপ ওই, পুং৪॥০ না মচু মথং মথং লংখৎলক্ত্না অনিসুবা কাংলুপ মচু ওই।

অভিজিৎ ( Vega ) থব্বালমচাককী মনাক্তা মচু হোংবা থব্বালমচাক অমঃ লৈ, মাগী মচু হোংবদা মুমিৎ ১২ গা ঘংটা ২২ চংই। রেবতী থব্বালমচাককী মনাক্তা মার ( Mira ) থব্বাল-মচাকী মচু হোংবদা চহি অমরোম চংই। মতো অশুম ভোম্বনা থব্বাল ৫০০০ লীশিংমঙারোম মচু হোংই।

# কাংবু নাইবা থব্বালমচাক।

থব্বানমচাক কয়ামূকনা ভিন্নরগা থব্বালমচাক কাংবু অমা ওই। কাংবু নাইবা থব্বালমচাকসীং অতুবু থাইনগী পণ্ডিতসীংনা থব্বালমচাক অমদগী অমদা ভাবনা লয়ি অমমম চাংহনা মহাকনা

ওইহননিংবা পোৎশক অমা ওইনা একই,— অদুগা পোৎ অমগী মমিংনা থৱালঙচাক কাংলুপ অদুগী মমিং ওইনৈ। মাদুদি ১ আশ্বিণী, ২ ভরণী, ২ কৃত্তিকা, ৪ রোহিণী, ৫ মৃগশিরাঃ ৬ আর্দ্রা, ৭ পুনর্ব্বসু, ৮পুষ্যা, ৯অশ্লেষা, ১০মঘা, ১১ পূর্ব্বফাল্গুণী, ১২উত্তর ফাল্গুণী, ১৩হস্তা, ১৪ চিত্রা, ১৫ স্বাতি, ১৬বিশাখা, ১৭ অনুরাধা, ১৮ জ্যেষ্ঠা, ১৯ মূলা, ২০ পূর্ব্বাষাঢ়া, ২১ উত্তরাষাঢ়া, ২২ শ্রবণা, ২৩ ধনিষ্ঠা, ২৪ শতভিষা, ২৫ পূর্ব্বভাদ্রপদ, ২৬ উত্তরভাদ্রপদা অমসু ২৭ রেবতী = কৌই, মাখোই অসি কাংবু নাইবা থৱালমচাক কুনতরেৎনি, সংস্কৃততা নক্ষত্র, তারা অসিনা চিংবা মিংনা খংনৈ। নক্ষত্র কুনতুরেৎ অসিবু মিতৈনা ১ আশ্বিণীবু সজিক, কৌই, মাসুম্না মথং মথং ২ থবা, ৩ খোঙচোংসুপী ৪ অপকণ্ডা, ৫ সাচুং তেলহৈবা, ৬ লীক্লাসাকাবা, ৭ চাঁও চরোই, ৮ চুঙশেলসুপী, ৯ নিংথৌতুরেন, ১১ নিংথৌসামু, ১২ শামুপীচা, ১৩ উকোং ঙাতু, ১৪ মোকাংশল্কা, ১৫ লুৱাংশল্কা, ১৬ নালপাশল্কা, ১৭ ওকপুরোই, ১৮ তাহুইরেং, ১৯ তোংচেংসুপী, ২০ থায়াই, ২১ থাতোন, ২২ নিংথৌ মসুমমৌ, ২৩ হারৈমায়ে, ২৪ কারৌনু, ২৫ খাবালীতেং, ২৬ শিল্লালেইনিং, ২৭ ওয়াখুরো। মাসুমনা সংস্কৃতকী নক্ষত্রগী মমিংবু মিতৈরোল্লা হাঙ্গৈ। মিতৈগী মিংগা সংস্কৃতকী মিংগা মিং অনিসি থানদুনা এংবদগী ঐখোইনা চিংনবা লৈতনা খংলে। মাদুদি থৱানমচাকী কাংবু অদুগী মমিং খোম্নবগীদমক ভাষনা লায় চিংদুনা ফংখিবা অদু মিতৈগা সংস্কৃত ভাষানা মরোন ওইনবাসীংগা ভাব তিন্নখিদে, হাঙ্গৈবা

খংবা ভমলে। মাদুম্‌মা মিতৈনা নক্ষত্র কুনতরেৎপু খংদুনা মমিং খোল্লম্বা অসি সংস্কৃত ভাষা ভাংবা মীদগী তম্বা নত্তে,— মি-তৈগী মরননাইনি, হায়বস্ম খংলে। থুদমগীদমক "খোংচোংমুপী" বু সংস্কৃত ভাষাদা কৃত্তিকা কৌই। মাবু সয়োম চাওবদগী মী পুমনমকনা মশক ইথং খংই। মানা অতিয়াদা থোকপদি,—

•—• মাস্তুমনা থোকই। মাবু ছুবী থাং মাল্লি, হায়দুনা সং-
• •
✻ • স্কৃত ভাষাদা কৃত্তিকা=ছুরি কৌই। মাদি থব্বানম-
• • চাক তরেৎনা সাবা সয়োমনি। মাখোই তরেৎ অদুবু

পণ্ডিতসীংনা "ভাঙ্গ চম্পা" হায়নৈ। মাখোই তরেৎ অসিগী মনুংদা ✻ থুদম তৌরিবা অদুনা লংবা ইহেন হেনলি, মাবু পাশ্চাত্য পণ্ডিতসীংনা F. Tauri কৌই। মাখোই তরেৎমক পুন্না Pleades Group অস্তুমনা কৌই, মাখোঙ্গ তরেৎকী মনুংদা তরুক্তা মউই অমদি উবগুম উদবগুম লৈ, য়ামনা পীকই। মিতৈনা মাবু খোচোংমুপী কৌবদি মখোঙ চোংখোল্লক্লবী মুপী হায়বনি। মাদুগী মরমদা বেদগী ব্রাহ্মণ ভাগতা সন্দোকপা ব্বাফম অমা উই, মাদুদি থব্বানমচাক অসিনা পানবা মুমিৎতা মুহোংলবদি মুপী অদু মব্বানা থাইনৈ, পান্নদে, হায়। মাদুগী সন্দোকপা ব্বাফমদি বেদদা ঐখোইনা হুজিকফাওবা উবা ফং-দরি। মহাভারততদি য়ামনা মুভাইরবা ব্বাফম অমা য়ামনা সন্দোকনা হায়। মাদুগী অসম্বদি,— মৈনা সপ্তঋষিগী মতু তরেৎ উবদা য়ামনা পামলে। ঋষি মতু তরেৎনদি সতীনি, করি অমত্তস্থ পাম্মদে মৈনা মাখোইবু পামই, হায়বস্থ করিঅমত্তা খংদে।

অদুনা মৈনা মুপী অরেৎপু মশা শোকপা ভমদরে। মৈনা প্যাম্বনা খাংবা ভমপ্রম্বনা সিরগে নিংলম্বনা বনদা চৎখরে। দক্ষগী মচা-মুপী স্বাহানা মৈবু পামই, মৈনদি মাম্ব খংদে, মৈগী অসিগুম্বা অহোবাসি ফংলদুনা স্বাহানা ঋষি তরেৎকী মতু অরেৎকী মমুংদা শিবা কৌবী অঙ্গিরাগী মতু সাম্বনা, মৈগী তপ তৌফম বন মমুংদা চত্তুনা পান্নরুরে, মৈনা পীরকপা বীর্য অম্ব স্বাহানা পুবা ভমদম্বনা কৈলাসগী লোকমুং অমদা হুনদোকখি। মাম্তুম তৌদুনা ঋষি মতু তরেৎ শাম্বনা স্বাহানা মৈগা পান্নরুই, অদুদা বশিষ্ঠগী মতু অরুন্ধুতীবুদি সতী ওইদুনা স্বাহানা সাবা ভমদরে তরুকলক পান্নরুবগী বীর্য তরুকলক কৈলাসগী লোকমুংদা হুন-থরুবে, বীর্য তরুক অদুনা তিনসিনলগা অকিবগী মশক ফংবা মহাকাল, মূর্তি, মমাই তরুক পানবা লাই অমা ওন্দুনা থোরক্লে, মানা ভংবদা লৈপাক মোংথোপুম্বা কাইগদৌবে, পৃথিবী, সমুদ্র আকাশপুম্বা লৈবা ভমদবে, জীবপুম্বনা প্রলয় তৌরে, হাঙ্গদুনা যাম্না কিরে। মতম অদুদা মৈনা তপ তৌম্বনা লৈনা মক্ষমদা স্বাহানা বামোনমুপী সাদুনা মৈগা তরুক্লক যুম্বান্নবা চংবদু, বনদা লাইনিংডনা লৈবা মুনিসীংনা উহৌই। অদুদা মুনিসীংনা সাওরে সপ্তঋষিগী মতু ওক্তবাসীংনা লোম্না মবা মরুম্বী ভাংনদুনা মৈদগী বীয লৌদুনা কৈলাসদা হুন্দোক্তুনা মহাকালমূর্তি পোক্তুনা তাইবংপানবা প্রলয় তৌবা তারে, হাঙ্গরে। ব্রাফম অসি সপ্তঋষিনা তারে, অদুদা ঋষিতরেংনা মতুশীংবু থাইনবে, স্বপনগী বশিষ্ঠগী মতু অরুন্ধুতীতা স্বর্গদা লৈহৌরে, তরুক অদুদি লৈপাকতা

লৈরে। স্বাহানা সপ্তঋষিদা তাক্লুরে, ঐন্না মাখোই সাহুনা মৈগা পান্নরুবনি,—ব্রহ্মাণীসীংদি করিসু তৌদে, মাখোইদি খংদবনি, হাঙৈবদা ঋষিসীংনা য়াদরে, চান্নবা অদুমক মব্বানা খাইনরে মাস্থম তৌদুনা লৈপাক্তা তারকপী বামোনমুপীসীং অদুনা খোংচোংমুপী থব্বানমচাক ওইনা হোকপনি অস্থম্না মহা-ভাবতনা হাঙৈ। মাহুন্না মিতৈগী প্রাচীন সাহিত্যদা খোংচোংমুবী নেঙাবে'ল" কৌবা লাঙৈবিকসু মখল অমা হাঙৈ। মাত্রদা লাই-রমা তবেৎমকনা নিংথৌ লৈপাকতা কারমদাইদা অমদি মপুক কংলদুনা খেংইনৌ মতা তরুক্না ইম্ফাল অব্বাংলোমদা চৌঙথক্লা উদা কারগা নিংথৌ লৈপাকতা কাখি, মাখেই তরুক অদু হুজিক উরিবা খোঙচোংমুপী কৌবা থব্বালমচাক তরুক অসিনি অস্থুম্না মিতৈগী প্রাচীন সাহিতনা হাঙৈ। লাইরমা তরুকমকনা নিংথৌ লৈপাকতা কাদরিতৈদো লাকপদা যজী অমা কুল্লমই, কাগে হাঙৈদুনা থাংনা য়ানবদা উরিদা থাং পন্দুনা যজী, মকম চেনখি, অদুবু হুজিককাওবা কদাং = থাং, পাল্লি, হাঙৈদুনা কদাংপল কৌরি।

ঐখোইনা মহাভারতকী স্কন্দজন্মগা মিতৈগী খোংচোংমুপী নোঙ্গ'রোনগা অনি থানদুনা এংবদগী খংবা ঙমলে, মাদুদি,—কৃত্তিকাবু মিতৈরোনদা খোংচোংমুপী কৌই। অমসু থবালমচাক তরুকমক অসি পৌরাণিকী কথাদা মুপী ঙরুকনি, হাঙৈনা লৌই। খোংচোংমুপী সয়োমগী তসেৎমুবা অমা মুৎপগুম্না উববু

মহাভারতনা অরুন্ধতীগী মফমনি হাঙ্গৈ, মহাকপুদি সতী ওইবা হেনবদগী স্বাহানা মশক সাবা ভমদে হাঙ্গৈ। ফিভে পুরাণনা হাঙ্গৈবনবু মাখোঙ্গৈ মুপী তরেৎ সুবদগী অমদি মপুক কংলদুনা নিংথৌ লৈপাকতা কাদতুনা লৈহৌবনি হাঙ্গৈ। মিতৈনা মাসিমসু হাঙ্গৈ, মাংদুদি,— লৈহৌবা লাইরমা অদুদি হেলোইতোম্বীনি, মানা লমলকতা চৎপা মীবু ফাদুনা পুই হাঙ্গৈনা থাজে।

খোংচোংমুপীনা নোঙ্গাখিবা মতমবু মহাভারতনা হাঙ্গৈ, মাদুদি,— রোহিণীনাচ অভিজিৎপু হনলি, মাহগী কলক্ত্না অভিজিৎনা বনদা তপ তৌবা চৎখরে অদুনা অভিজিৎ অসি লৈপাক্তা তাখিদুনা মাগী মফমদু হাংলে, মফম অদুদা খোঙ-চোংমুপীবু হাপচিনখি।

ধনিষ্ঠাদি স্তথাকালো ব্রহ্মনা পরিকলিতঃ।
রোহিণীহ্যভবৎ পূর্ব্বমেবং সংখ্যাসমাভবৎ॥
( মহা॰ বণ॰ ১৯২।১॰ )

ব্রহ্মানা ধনিষ্ঠাবু মতমগী অহৌবা ওইনরে, মমাংৈদদি রোহিণীনা অহানবা ওইরমই মাস্তুম তৌদুনা মসিং মান্নরমই।

মহাভারতকী ব্যাহেসিদগী খংলে, মাদুদি ধনিষ্ঠাদা উত্তরায়ণ ওইবে, মমাংদা রোহিণীনা বিষুববৃত্তদা লৈরমই, হৌজিক্কি লৈত্রে কৃত্তিকানা বৃষুবৃত্তদা লৈরে, হাঙ্গৈবনি। ধনিষ্ঠাবু মিতৈনা হারৈমারে কৌই। অদুনদি মিতৈনা থব্বানমচাক কুনতবেং অসিগী মফিং খোনবা অসি বেদাঙ্গ যুগকী মমাংদগী খোনবনি, অদুগা মতম

অহুদা মিতৈরা মেষ, বৃষ, নচিংবা রাশি তরানিথোই অসি মতম অহু কাওবা চৎনরমদে।

হারৈমায়ে হাঙৈবদি দক্ষিনায়ণদা নুমিৎনা মাত্তোন্দা য়ৌরগা হারৈ অরাংলোমদা মমাই ওল্লি মাঙৈদুনা থরানমচাক ধনিষ্ঠাবু হারৈ· মায়ে কৌই, মাত্তোন্দা নুমিৎকী উত্তরায়ণ হৌফমনি, হাঙৈবনি। মহাভারতনা খোংচোংনুপীনা লৈপাক্কী নিংথৌ লৈপাক্কা কাখিবা মতম অসিদি হারৈমায়েদা নুমিৎকী উত্তরায়ণ হৌরিভৈদা কাবনি। মরম অসিনা মতম অহুগী লাইরিক মহাভারতনাচিংবা পুম্নমক নক্ষত্র মমিং থিবদ: কৃত্তিকাদগী হৌনা ভাক্তা থি, মাথোইনা আশ্বিনীনা হৌদুন' থিদে। মহাকপু হুজিক্কী চহি কয়া মুরক্তগে হাঙৈনা হঙৎলা এ·লবদি মহাভারতনচিংবা প্রাচীন গ্রন্থসীং অসিগী থোরকপা মতম খংই। মাদুগীদমক লোকমান্যবাল গঙ্গাধরনা পুথোক্লম্বা অহু মতাং অসিদা লৌখৎলি, মাদুদি,—

বালগঙ্গাধরনা গীতা রহস্যদা হাঙৈ, মহাদি বৈদিক যুগতি বি, সি ৪৫০০ দগী তাদনা কুইরে। মরাঠী ভাষাদা শঙ্করবাল কৃষ্ণদীক্ষিতনা মহাকী ভারতীয় জ্যোতিষ শাস্ত্রগী ইতিহাসদা পুথোকই, মাদুদি হরলমচাক মসিং থিবদা খোংচোংনুপাদগী হৌনা থিবা অসিদি বি, সি, ২৫০০ দগী হৌই, অদুনাদ মিতৈগী খোংচোংনুপী লোঙ্গারণ কৌবা লাইরিকনা হাঙৈবা রাকম অসি বি, সি, ২৫০০ গী রানি। মৈত্রূপনিষৎকী উত্তরায়ণ পরিস্থিতি প্রদর্শকবর্ণনাদগী খংই, মতম অহুদা হারৈমায়েগী তংখাই চনবদা উত্তরায়ণ হৌই হাঙৈ। যজুর্ব্বেদগী বেদাঙ্গ জ্যোতিষনা হাঙৈবনবু

হাহৈমায়েগী অহৌবদা উত্তরায়ণ হৌই, হাঙ্গ মাতুদগী লৌরবদা বি, সি, ১২০০ দগীনা ১৪০০ ফাওবগী মমুংদা বেদাঙ্গ জ্যোতিষ, মাতুম্না এংলবদা, বি, সি, ২৫০০ রাইদগীনা কৃত্তিকা =খোঙচোংনুপীনা থবালমচাক্কী অহানবা ওইবা, মপাচানৈ।

মিতৈগী কুম্বাব ইবা এ, ডি, গী অহানবা চাদগী হৌই, মহাক্তি হুজিক ফাওবা মণিপূরগী ষ্টেট হিষ্টরিয়ানসীংনা নুমিৎ নুমিৎ থূদিংগী লুচিংবা ঘটনা পুম্বা ইরি। তৌইগুমস্থ গরিবনিবাজগী স্না হাকথক্তা শান্তিদাসনা পুরাণ ময়াম মৈ থাবদা য়াওখরে মতুংদা ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহনা পণ্ডিতসীংবু অমোকহন্না ইখংহনবনি। মরম অসিনা এ, ডি, অহানবা চাদগীন ভাগ্যচন্দ্রগী মথক্কীমখৈদি মতিকচাবা পণ্ডিতসীংনা সংস্কার তৌদরিবামখৈদি অইবদা ভাক্তা পাতুনা চৎনবা য়াখিরোই। মাতু ঐখোইনা খুদম উত্তুনা প্রমান তৌবা য়াই, মাতুদি, কুম্বাবদা মফম অয়াম্বদা থাগী নুমিৎ অহন হাপই। মিতৈ জাতিদি নুমিৎ থাগী খোঙচং মীংনা এংলগা ম খোইগী এলমনাক, কেলেণ্ডার মরনাই সেমহনা চৎলকই। রাকম অসি ইউরোপিয়ান স্কোলারসীংনস্থ ইতুনা থনমই। মাতুদা মিতৈ পণ্ডিতসীংনা গণিতাগতবুদি মীংনা উবনা হেন্না থাজখি অদুনা মাখোইনা চন্দ্র, সূর্যবু বেধ তৌদুনা এংখি। হাদা থবালমচাকনা ঈরুপপা, নুমিৎতা মকু চংবা, নুমিৎতা অমমুং থাদা শানা ফংবা অসিনচিংবা ঘটনা থোকখিবা অদু কুম্বাবনাচিংবদা ইহনা থনমই। মাখোই অদু থোকখিবরা ? হাঙ্গনা এংদুনা শেংদোক্তরবদি দেশ বিপ্লব, ধর্ম্ম বিপ্লব কয়ানা

নোইহৎলুরবা মণিপুরগী মণি ময়াম অসি মতিক মগুণ কোং-দোকপ। য়ারোই, মাস্থম তৌদুনা খোংচোংনুবীগী মশক খংনবগীদমকতা খজিকতুং সন্দোকনা ঙা'লুরে, মাস্থম্না থব্বালমচাক খুদিংগী এংনরগা খংগদবনি। মিতৈনা নক্ষত্র কুনতরেৎকী মমিং খোল্লম্বা অসি মশক খংনিংবনা বেধ তৌদুনা এংলগা থাঙ্গেশেংবা মশক খংগনি।

# ধ্রুবতারা ( Pole star )

"ধ্রুব" হাঙ্গৈবদি লেংদবা হাঙ্গৈবনি। থব্বালমচাক পুম্নমক নোংপোক্কুগী খোরক্লগা নোংচুপলোমদা চৎখি, ধ্রুবতদি মফম ইরেং লেংদে, অদুনা মাবু ধ্রুবতারা কৌই — মানা ভুগোলগী অব্বাংগী বিন্দুদা লৈ। বিষুবরেখাগী অব্বাংথংবা লম পুম্নমক্কী ধ্রুবতারানা অব্বাংনি। মরম অদুনা পৃথিবীগী মথক্তা অব্বাংলোমদা লয়ি চিংখ্রবদি লয়ি অদুনা ধ্রুবতারাদা তারুই। লয়ি অদুবু অক্ষরেখা কৌই। বিষুবরেখাদা লেপ্লুনা এংলবদি ধ্রুবতারাবু খুয়াগী মপাদা খোকপা ওইনা উই, মী অদুনা অব্বাংলোমদা ধ্রুববু তমদুনা চৎখ্রবদি ধ্রুবনা চংসিন ২ লগা থরা থরা ব্বাং-খৎখি। অব্বাং মাইকৈ হেক লোইবদা ধ্রুবতারানা মী অদুগী লব্বাইদা চপচানা থোকই। মফম অদুদা নোংপোক, অব্বাং নোং-চুপ মাইকৈ অদুম লৈত্তে মফম অদুদা সূপনগী মথাতা মলৈ, মফম অদুদা থা তরুক সুমিৎ থোক্তে অমসুং থা তরুক অমা সুমিৎ উই, তৌইগুমসু সুমিৎ উত্রবা মতমদসু অত্তিয়াদা উষাগী

মতান্না সুংথিনগুমনা ইভান ভানলি, মকম অহুগী মভান অহুবু গ্রীকসীংনা আরোরা কৌই। মাহুদি উদীচ্য উষা হাঙ্গবনি, গ্রীকসীংনা উষাগী মভান অহুবু বেদশুন্না মুপীনা জগোই সাবনি হাঙ্গী। মাসি খাথংবা গোলার্দ্ধদস্থ মাস্তম তোই। খা-গোলার্দ্ধগী ধ্রুবতারানা খোকপা মকমদা মাইকৈ অতে লৈতে মুপনগী অমাংতা মরৈ।

## শিশুমার [ Vrsa minor ]

শিশুমার কৌবা থব্বালমচাকী কাংবু অসি ধ্রুবতারা থারগা থব্বালমচাক তরেৎনি, ধ্রুবদগীনা মরিনা চপচুন্না পরুং লৈ অহুমনা কুন্না সুংদুম সানা মতোনদা লৈ। মহাকী মশক থংগে হাঙ্গি-রবদি ধ্রুবদগী লরি অমা চিংলগা মতোনদা তে কোনসিন-লবদি লয়ি অহুনা থব্বালমচাক তরেৎ অহুদা তাই, মরম অসিনা শ্রীভাগবতনা পঞ্চমস্কন্ধদা "কুণ্ডলী ভূতবপু" কৌই। ঐখোইনা মহা ওইরিবৈদা গুরুসীংনা লীরমই. থাইনা মুপী থাওয়োনবী অমনা মকোকতা থাও চফু পুহনা চংপদা ভুহুনা কাইরে, মানা ইকাইমনখ্রদুনা মশা কোনশিন্দুনা শিথি, মাগী মথব্বাইনা ভা নাগুবী মান্না কোনসিন্দুনা ( শিশুমার ) থব্বালমচাক পরেংসি ওইনা খোকখিবনি, মাসিনাচিংবা প্রাচীন জাতিসীংগী ব্বারিমচা মচা ময়াম লৈ। ইংরেজীদা লিটল বীয়ার ( Little Bear ) কৌই। ভাস্করাচার্যগী শিদ্ধান্ত শিরোমণিদা শিশুমার থব্বালমচাক পরুং অসিবু "ধ্রুবমৎস্য" কৌহুনা পৃথিবীবু গোলাকাররনি, হাঙ্গবগী

প্রমাণ তৌই। মমৈকোনশিনবা, মরিনা পরেংশাবা অসিনা ধ্রুবতারাবু পুঙ ২৪ দা অমোক কোই। মরম অসিনা মাঙোন্দা এংলগা অহিংগী পুঙসিং থংনৈ। মাদুবু সংস্কৃততা "ধ্রুবমৎস্য পরিভ্রমণ" কৌই। ধ্রুবগা নক্কবা থৱানমচাকতি মাসিনা মনক্কয়ে।

## ব্রহ্মহৃদয় (Capella) ১সু অভিজিৎ (Vega)

ধ্রুবতারাগী মমাংদা এংলোমমোরোমদা ব্রহ্মহৃদয় অমসু অভিজিৎ লৈ। মাখোই অনিসি, বেদ তম্বসীংনা খংবদা য়াম্না কান্নৈ, অদুনা অনিসি চিত্রদা এংহনা খংদোকপা কৈ।

## সপ্তঋষিমণ্ডল [ Great Bear ]

সপ্তঋষিমণ্ডল হাঙ্গৈবসি ইখাইনা মহাক্কী মশক লাইনা খংই, মহাকপু মিতৈনা লাংএন তরেৎ হাঙ্গৈনা কৌই, সেমো-পে নৈমিয়ানা Vrsa Major নত্রগা Great Bear কৌই—সপ্তম অঙৌবা হাঙ্গৈবনি ধ্রুবতগী চপচুমনা লয়ি অমা চিংলগা লম্নি অতুদা অহানবদা ক্রতু, পুলহ, মাদুদগী অফৈবদা পুলহ, পুলস্ত্য অত্রি, অঙ্গিরা, বশিষ্ঠ অমসু মরীচি মাখোই তরেৎ অসি খোকই, মাখোইনা ঘণ্টা ২৪ দা ধ্রুব অমোক কৌই। মাদুগী মমাংদা "কাশ্যপী" লৈ। পুরাণগী মততা খোঙচোংসুপী থৱাল মচাক সয়োম তকক বশিষ্ঠ নত্তবা সপ্তঋষিগী ঋষিগী মতু ৬নি, হাঙ্গৈ, বশিষ্ঠগী মনাকতা অপিকপা থৱালমচাক অমা লৈব্বু বশিষ্ঠগী মতু অরুন্ধতীনি, হাঙ্গৈ।

# মহাকাশকী বিষুব্র অংশ।

## লুব্ধক অচ্ছল (SIRIVS REGION)

"লুব্ধক" থব্বালমচাক অসি হুইজাও ময়াম (canis Majoris গী লুচিংবা থব্বালমচাক অমনি। চাওরবা অতিয়াদা কাল-পুরুষ কৌবা থব্বালমচাক থোকই। মাগী অকোইবা মাইকৈ মরিদা হুইনা ময়াম (canis Minar) পিশক, পিশক লৈ, হুইজাও ময়াম (canis Majoris) বৃষ=ষফু (Taurus the Bull) শজুং (Lepus the Hare) অমসু ইউনিকরণ (Vni corn—ভাবমা সাবা মচী অমত্তা পানবশা) মাখোই অসি থোকই। লুব্ধকবু বেদদা মৃগব্যাধ কৌই,—মিতৈনা সাচুংতেলহৈবা কৌই,—তাংখুলনা সারেঙা কৌই, খোংচাইনা বুঙ্গা কৌই। মহাক্কা মহাকাশদা মখাহংবা তংখাইদা থোকই, অহুবু বিষুবরৃত্তগা য়াম্না নক্লবনা শুমেরু মকোই নত্তবা মকমদগীদি খোথোৎপনা উই। চাওরবা অতিয়া পুম্নমকতা মহাকমরুম লংবা থব্বালমচাক অমত্তা লৈতে। মাবু সংলৈননা উই। মিতৈগী য়াংশং থাবল-চোংবীগী মরমদা ঐখোইনা ইবা প্রাগৈতিহাসিক থাবলচোংবী পারবদি থব্বালমচাক অসিগী ব্বারিগা মিতৈ জগোইগা মড়ী লৈনবা উগনি।

## কালপুরুষকী লম (Orion Region)

কালপুরুষদি অতিয়াদা মখায়োমদা থোকই। মহাকী মনাক ব্বাইদা লাপনবা মান্না ফুঙ্গাম্নুংচুম সানা থব্বালমচাক অহুম

থোকই, মাখোই অহুম্ অতুবু কালপুরুষগী খ্যাঙগোইনি, হাঙৈনা প্রাচীনগ্রীকসিংনা সেমলমই। খ্যাঙ্গোঈ অসিগী মথক্তা মখাপাংনা থৱালমচাক অনি থোকই। খ্যাঙ্গোইগী ওইরোমদা থৱালমচাক পরেং অমা থোকই, মাখোই অসিনা কালপুরুষগী থাংশাংনি। কালপুরুষগী ওইরোমদা অরংবা থৱালমচাক অমা থোকই, মাতুবু সংস্কৃততা আদ্রা নক্ষত্র (Bete Betel geux) নি। মাতুগী এৎলোমদা থৱালমচাক অমা থোকই মানা চাওবা হেল্লি, মাবু বাণ নিংথৌ (Rigel) কৌই। মাখোই সয়োম অসিগী মনুংদা য়াম্না লংবা থৱালমচাক অমা য়াওই, মাতুবু কার্তিকেয় (Bellatrix) কৌই। কালপুরুষমণ্ডলগী ওইরোমদা খরদং হন্দোক্লগা লুব্ধক থৱালমচাক থোকই, ফাইরেনথ'দা অহিংদা পুং তরারোম তাবা মতমদা মখারোমদা এংলগা কাল পুরুষ থোকপা উই।

ঐখোইনা তাইবংপানবা পুম্বগী সভ্য জাতি পুরমকতা ওইনা তৌই, কালপুরুষ থৱালমচাক অসিবু ধর্ম্মশাস্ত্র অমসু জ্যোতিশাস্ত্রদা কালপুরুষগা য়ামনা নক্লনা মড়ী লৈনবা মথনমথা রামনা সেম্বা ব্রাকম ময়াম ফংই। হিন্দুজাতিসীংগী মততা মহাকাল, মহাদেব শিব, মাতুমনা হাঈদ্রগা রুদ্রগী মমিংদি কালপুরুষ কৌই। হিন্দুগী ঋষিসীংনা য়ুগ য়ুগ থুদিংদা মৃগ=সজি, কূর্ম্ম=থেঙ্গু, বরাহ=ওক, ছাগ=হমেং, রাক্ষস, মানুষ=মীগী মশাকনি, হাঈনা সেমনরমই। ইউরোপকী স্কোলারসীংনা Orion

থৱালমচাকপ, হিন্দুগী ধর্ম্ম শাস্ত্রদা কালপুরুষ কৌই। কাল-পুরুষ অসিগী হকচাংদা মৃগশিরা অমসু আর্দ্রা নক্ষত্র লৈ। কালপুরুষগী হকচাংদা অহানবা কাংবুগী মন্তান পুবা থৱাল-মচাক লৈ। অদুগুম্বা থৱালমচাক অসিবু ইউরোপিয়ান পণ্ডিত-শীংনা Betel geux, হিন্দুনা শিবতারা কৌই। শিবগী মিং অমনা মহাকাল কৌই। মরম অদুদগী মহাক্না মমিংদি কাল-পুরুষ কৌই। "কাল" গী অর্থনা মতম, "পুরু" অর্থনা মনুংদা লৈবা থুপথ্রবা পাঙ্গল হাঙ্গৈবনি, "ষ"না অথোইবা হাঙ্গৈবনি। অমনা "কালপুরুষ" হাঙ্গৈবগী অর্থদি মতমগী মনুংদা লৈবা থুপলবা পাঙ্গলবু কালপুরুষ কৌই। পুরাণদা হাঙ্গ, নোংমগী অমিংতা কামনা নোইহক্তুনা খাংবা ভমত্রহুনা ব্রহ্মানা মহাক্না মচাহপী রোহিণীবু ফাগে তায়ৈ, রোহিণীনা ইকাইদুনা সজি ওন্দুনা চেনখরে। অদুগী মতুংদা রোহিণীনা খাংবা ভমত্রহুনা শিবগী নাক্তা চেনসিনখরে, ব্রহ্মাসু সজি ওন্দুনা মচানুপীগী নাক্তা চেনসিনলে, শিবনা সজি ওইরবা ব্রহ্মাগী মকোক কক্থক্তুনা মাগী হকচাংদা য়ানসিনলে। মরম অসিদগী কালপুরুষবু রুদ্র অমসু মৃগব্যাধ কৌই। কালপুরুষবু থৱান থাসি, লাংবন হৌরকপা মতমদা অহিংদা নোংভাল্লমদাইদা নোংপোক্তা থোকপা উই।

## নিংথৌতুরেনদগীনা কালপুরুষবু সেম্বা।

নিংথৌতুরেনবু গ্রীসদা 'Falaxy' ব্যাবিলনদা Khi-gall-a ( canal of water ) পারস্যদা 'Rakh-vad' ( Watery way ),

ইংলণ্ডদা ( Milky way ইটালিদা The path of St. James of compustila কৌই। হিন্দুসীংনা নিংথৌতুরেন অসিবু মন্দাকিনী, বিয়দগঙ্গা, স্বর্ণদা, সুরদীর্ঘিকা, আকাশ গঙ্গা শিশুমার, অনন্ত শায়ী, নারায়ণ, বিরাটপুরুষ, কালপুরুষসু কৌই। প্রাচীন মিতৈ বীর পুরুষসীংনা নিংথৌনাগা কৌই, মহাক্কি পাখংবনি মানা খাস্তু পুরুষ ওইদুনা লৈম্নংদা লৈ, মাদুনা লৈম্নংদা ইভেন খাদগীনা থা অহুম মকোক নোংপোক, মখা, নোংচুপ অমসু অরাং ওন্দুনা ওইরোমদা য়াত্তাহনা হিপই। মাগী মমিনা ছায়াপথ = মিস্করে ওইদুনা নিংথৌ লৈপাক্তা থোকই। শা, লান চংবদা মাগী ময়াদা চংলবদা, থাংগী তাগী নোংমৈগী লানদা ময়াদা সোইদনা হাংনৈ। এরুবগা লানবারবা মতমদা নিংথৌতুরেনগী ময়াদা লৈবনা সোইদনা সি, মাখোইনা সাধনা তৌই, বীজোংগুদা মাগী ময়াদা হনখ্রবা মরুমরাং অমত্তা হৌদে। অসিনাচিংবা নিং-থৌতুরেনগী অন্তরোদয় এংদুনা মিতৈনা শা লান শোকনৈ। ভারতীয় জাতিসীংনা কল্পনা তৌই, নিংথৌতুরেন মকোক্তা আকাশ গঙ্গা চেল্লি. হাঙৈনা পরিকল্পনা তৌই, মহাকনা আকাশ পুষ্পা পুংনা আকাশবু কোঙ্গশিন্দুনা মসিং লাকপা, গুমত্রবা, মণ্ডলমপা কোংদোক্কুরবা পুলপ তিনস্লিবা থবালমচাক ময়াম্বা অরংবা হিয়াই = হিরা মকুপকুম্বা অকৌবা লম্বেলগুমনা লৈ। নিংথৌতুরেন অসিনা কালপুরুষ কৌহনা লাপথ্রবা মখাথংবা মাইকৈদগী হৌদুনা অরাংথংবা অভিয়াদা ধ্রুবতারা য়োগদবা অংশ ২৫।২৬ লাপনা কোঙ্গদুনা অমোক মথা মাইকৈদা চংখি।

নিংথৌতুরেন অসিমা পৃথিবীদা লৈবা তাইকংঙীবু মাইকৈ মক্লা কোইসিন্দুনা লৈ। বায়ুপুরাণ ( অধ্যায় ৪৭ ত্তা ) হাঈ,—"দিবি-চায়াপথোযস্তু, অনু নক্ষত্র মণ্ডলং। দৃশ্যাতে ভাস্বরোরাত্রৌ দেবী ত্রিপথগা তুমা।" বিষ্ণুপুরাণ [ ২।৮ ] দা নিংথৌতুরেনবু পরিৎ-গঙ্গা=গঙ্গা তুরেননি, হাঈ। বিষ্ণু পুরাণদা শ্রীভাগবততাসু নিংথৌতুরেন অসিবু কবিগী মাধুর্য পূর্ণ ওইবা লোনদা বর্ণনা তৌই। তৃতীয়স্কন্দদা হাঈ, ব্রহ্মাগী মচা সনমরিনা ব্রহ্মলোকতগী নিংথৌতুরেন মরিনদা লাক্কুনা পাতালদা ভোগবতী গঙ্গাগী মতুংইন্না মকোক জটাদা ইচোৎ চোৎনা অনন্তগী নাক্তা লাক্কুনা অনর্ন্তদগী ভাগবতধর্ম্ম তমই। মফম অমদসু হাঈ, ত্রিবিক্রম ভগবাণনা বলিদগী খোঙফম অহুমনিডেদা অহানবা খোঙনা মিতৈলৈপাক মণিপুরদা থাই। খোঙ নামনা মথক্তা হাঈগৎ-খিদনা ব্রহ্মাণ্ড অণ্ডকটাহ থিঙ্গাইডুনা বৈকুণ্ঠগী থাঙ্গপাৎ বিরজাদা খিনগাইকরে, বিরজাগী ঈশিংনা ভগবানগী চরণগী খুজিন্দগী মথং মথং চেনথরক্কুনা নিংথৌতুরেন=কালপুরুষ অসি ওইদুনা স্বর্গদা চেল্লিবা তুরেননি হাই, কবিনা চকই, "পদনখরজনিত জনপাবন" অসি হাঈদুনা চকনরি। নিংথৌতুরেন অসিদা স্বর্গদা লৈবা লাই সুপীসীংনা ঈকুবদগী মাথোইগী থবাক্তা তৈবা চন্দনগী কুঙ্কুম চন্দনগী মচুনা পিঙ্গল বর্ণ মাল্লে, বিষ্ণুগী ওইগী খোঙ-দগী চেনথরকপা উরগা অডাং মচা ধ্রুব উত্তানপাদগী মচানা মকোক্তা মবুভোগী চরনামৃতনি, হাঈদুনা হাপই। সপ্তঋষিমণ্ডলনা নিংথৌতুরেনদা ইরুহনা প্রানায়াম তৌই। মতম অহুদা নিংথৌ

তুরেনগী ঈথকনা মাখোইগী জটা পুম্বা ইফা কাদোকহনলি। নিংথৌতুরেনগী ইচেননা থাবু পাথাত্নুনা চাইথোক্ল্লুনা থুম্নমলগা থানা হান্নদগী হেন্না লংথৎলি। মাস্নুম তৌদুনা নিংথৌতুরেননা থা মথক্তুগী কুমথরক্লুনা মাইকৈ মরিদা ঈরম মরিথোকনা চেনথখি, মাদুদা সীতা, অলকনন্দা, চক্ষু, আভ্রা অসনি। অলকনন্দদি মথ,রোমদা ভারতবর্ষরোমদা চেন্নকলিবা অসিনি। মতম অদুদা শিবনা মাগী জটাদা হ'প্তুনা চহিচাম থমলমই। শিবগী জটাদগী চেনথরক্লুনা সমুদ্র তান্না চেন্নক্লুনা সগর মচা পাপচেনবাসীংবু লানখিরে। বি, সি ৪৮৫০ দগীনা ৩৭২৫ ফাওবগী মমুংদা নিংথৌ তুরেনদা বাসন্ত অমসু শারদবিন্দু = ক্রান্তিপাত ওইরমই। ঋষিসীংনা অব্রাংথংবা বৃত্তবু অদিতি মখাথংবা বৃত্তবু দিতি হাঈনা কৌদুনা কশ্যপ মুনিনা অনিমক লৌহুনা অদিতিনা লাই, দিতিনা হিংচাবা পোকই, মরম অহুনা ঋগবেদনা হাঈ,— "অতঃচক্ষয়ে অদিতির্দিতিমচ" অসিনি।

নিংথৌতুরেন অসিবু পূর্ণবিশ্বরূপ, পূর্ণদেহী, ভগবাননি হাঈ। মহাকনা মপুং ফারবা তাইবংপানববু অতিয়া মকোইদা থম্না লৈদুনা শ্রীনারায়ণগী মশক ওইহুনা অনাদি, অনন্তকাল অমসু দোলগী মশক ওইবা শয্যাদা হিপলিবনি। অসিগুম্বা বিরাট পুরুষ অসিদগী রুদ্র পোকই। অনন্তশাবী শ্রীনারায়ণগী খোইদোদগী হোরকপা থম্বালনি, অসুমনা ইউরোপিয়ান পণ্ডিত-সীংনা Betel Geux কৌবা থম্বালমচাক্তা মনাক্তা পিশক পিশক পীকপা পন্থোমানবা অখোইবা পরেংনা নিংথৌতুরেনগী ময়াইদা

কাওদত্তুনা ইউরোপিয়ানসীংনা Aldabaran কৌবা ভারতীয় ভাবাদা রোহিণী নক্ষত্র কাওবা চংখি। মাদুগী মথংদা কাল-পুরুষগী মখ্‌ৃংদা আর্দ্রা নক্ষত্র লৈ। মাসুমা লৈবা অসিদগী মহাক (নিংথৌতুরেনবু) অনন্তশায়ী নারয়ণনি, হায়না কল্পনা তৌই। অসিগুম্বা নিংথৌতুরেন অসিবু বিরাট পুরুষনি অমুমনা হিন্দু সাধকসীংনা প্রনবকী মওং ওইনা ঋ নিংতুনা ধ্যান তৌই। মাসিদা চংজতুনা মীওইবগী থৱাইনা সূক্ষ্মজগতগী স্থূলজগৎতা গর্ভদা লৈদুনা পোক্লগা তাইবং চিঙ্গাক চারে। শিরগা থৱাইনা নিংথৌতুরেন অসিদা চংতুনা স্বর্গলোক চংলি। ভাব অসি ইউরোপিয়ানসীংসু হিন্দুনা নিংবা অসিগা মান্নে। রোমান কবি অমসু জ্যোতির্বিদনা হায়রমই। হিন্দু শাস্ত্রদা হায়,— মাগুদি মীওইবনা শিরমদাই নক্লবদি নিংথৌতুরেন অসি উদ্রবদি চহি অমা লৈরগা শি। হায়বদি মীওইবনা শিগদবা চহি অমা ৱাং-লিঙৈদা অতিয়াদা থোকপা নিংথৌতুরেন, অমসু=সপ্তঋষিমণ্ডলদা বশিষ্ঠগী নাক্তা থোকপা অরুন্ধতীবু উদে।

# রাশি চক্র।

ঐখোইনা অহিংদা অতিয়াদা এংবদা নোংপোকথংবা চক্র-বালদগী থৱালমচাকনা ইতং তংতনা থোকই। মাখোইনা কো-ক্তোন লান্দুনা চংখি, নোংচুপথংবা চক্রবালদা মথং মথং তাখিবা

উই। ঐখোইনা নিংই, থব্বালমচাকী পোলাং অমা উরুক্ক লৈজুনা লৈ, মাদুগী ময়োনদা ঐখোইনা লৈহুনা থব্বালমচাকী পোলাং অদুবু উরিবনি। মাসুন্না থোকলিবা থব্বালমচাক অমুক অসিগী মমুংদা থব্বালমচাক তরানিথোইদি ইথব্বাইদগী মাখোইনা তোঙানলি। মাখোই অদুনা অমগা অমগা লাপ্পা চপ মান্নবা থোকই, অদুগা মাখোই তবানিথোই অহুনা পৃথিবীবু মাখোইগী কেন্দ্রদা (ময়োনদা) থমলগা বৃত্তকারপথ (কোইরক কোইবা লম্বেন) দা কোঙ্গৈদুনা চৎপা ঐখোইনা উই। থাঙ্গৈশেংবদি মাখোইনা কোইদুনা চৎপা নত্তে, পৃথিবীনা কোঙ্গৈদুনা উরুক্ক লৈবনা মাখোইবু চৎপা ওইনা ঐখোইনা নিংবনি। মাসুন্না কোঙ্গৈদুনা চৎপা লম্বেল অসিবু ক্রান্তিবৃত্ত (Ecliptic) কৌই। উবদদি সুর্যমংনা চৎপাসু ক্রান্তিবৃত্ত অসিদা চৎপা ওইনা উই। অসিগুম্বা ক্রান্তিবৃত্ত অসিদা লাপনবা চপ মান্নবা থব্বালমচাক তরানিথোইখক থোকই, মাখোই অহ অমমম্বু রাশি—অমমম কৌই।

বৃত্ত=অকোইববু তরানিথোইথোক্লা খাইদোক্লবদি, শরুক অমামম্মা শাংবদি ৩০°=অংশ ৩০ নি। অদুনদি ক্রান্তিবৃত্তদা অংশ কুন্থ্রা ২ দা থব্বালমচাক অমমম থোকই,—থব্বালমচাকত্তু অমমম্বু রাশি অমমম কৌই মাখোই তরানিথোইবু রাশিচক্র কৌই, মাখোই তরানিথোইগী মমিংসীং অদু তোঙান তোঙান পুথোক্লবদি অসুম্মা তৌই,—

| হিন্দুনা সেম্বা মুর্ত্তিগী মমিং অমং মাত্নগী প্রতিশব্দ | মিশরদা লৈবা ক্যালডিয়ানসীংনা সেম্বা মূর্ত্তিগী ইংরাজী প্রতিশব্দ | চীনসীংনা শেম্বা মূর্ত্তিগী ইংরাজীনা হন্দোকপা মিং | চীনগী মূর্ত্তিগী মিতৈশ্লোনগী প্রতিশব্দ। |
|---|---|---|---|
| ১। মেষ ( Aries ) | 1. The Ram—য়াও = হামেং | 1. The Mouse— | ১। উচি |
| ২। বৃষ ( Taurus ) | 2. The Bull—যংলাবা = তল্ল | 2. The ox or cow— | ২। যগলাবা |
| ৩। মিথুন ( Gemini ) | 3 The Twins—মৈতৈমনাও | 3. The Tiger— | ৩। কৈ |
| ৪। কর্কট ( Cancer ) | 4 The Crab—খাইখু | 4. The Hare— | ৪। পেবা |
| ৫। সিংহ ( Leo ) | 5. The Lion—নেংশা | 5 The Dragon— | ৫। হিংচাবা |
| ৬। কন্যা ( Virgo ) | 6. The Virgin = নুরা = নুপী | 6 The Serpent— | ৬। লিন |
| ৭। তুলা ( Libra ) | 7 The Balance—পাপেৎ | 7. The Horse— | ৭। সগোল্প |
| ৮। বৃশ্চিক ( Scorpio ) | 8. The Scorpion—তিন | 8 The Sheep— | ৮। য়াও |
| ৯। ধনু ( Sagittarius ) | 9. The Archer—লীতেন | 9. The Archer— | ৯। তেনপাইবা মী |
| ১০। মকর ( Capricornus ) | 10. The Goat—ডাকিয়োং | 10. The Cock— | ১০। এনবালাবা |
| ১১। কুম্ভ ( Aquarius ) | 11. The Water Bearer—ফু | 11 The Dog— | ১১। হুই |
| ১২। মীন ( Pisces ) | 12. The Fishes—ঙা | 12. The Boa— | ১২। উলুব্রা-লিন |

ঐখোইনা তুলনামূলক আলোচনা তৌদুনা এংলবসিদগী ঐখোইনা খংলে, মাগুদি হিন্দুনা রাশি তরগানিখোইগী মমিং শেম্বগা মিশরগী ক্যালভিয়াসীংনা শেম্বা রাশিগী মিংগদি চপমান্নে। থাইনা কুইথ্রবা মতমদা মিশর লৈপাকতা ক্যালভি- য়ান জাতিসীংনা য়াও হাবেংনচিংবা শা লোইহনা লৈরমই। মাখোইদি য়ুম সাদুনা লৈরবদে, লমহাংদা লৈরমই। মথক কুপ- তবদা লৈবা কাংবু অদুনা থব্বালমচাক্কী মুমিংকী মভাম্না মুং- খিবা ফংদুনা ঋতু খংলমই। মাখোইনা থব্বালমচাকশীংবু ভাবনা অমদগী অগা ফাউবা লয়ি চিংদুনা মূর্তি সারমই অদুনা মেষ য়াওসাবা, ষণলাবা সাবা অসিনচিংহনা রাশি তরানিখোই অসি ভাবনা সাহনা মিং থোল্লম্বনি। ক্যালভিয়াসীংনা ওন্থোকনা ফবা মতমদা রাশিগী মিং থোল্লম্বনি। অদুনা হুজিক্কি পৃথিবী পুম্বগী মা পুম্বনা লৌনখি। হিন্দুদি মিশরদগী লৌবনি। মরম অদুনা হিন্দুগী মিংগা চপ মান্নবনি। বৈদিকযুগতদি হিন্দুগী রাশি তরানিখোই লৈতে। মহাভারত, রামায়ণদা রাশি তরানিখোইগী মিং লৈতে। মিতৈদি প্রাচীন জাতিনিনা মিতৈরোন্দসু রাশি ১২ লৈতে। মরম অসিনা মিতৈদি মহাভারত, রামায়ণনচিংবা গুম্না রাশিগী মহুৎতা নক্ষত্র ২৭ তা সিজন্নে। অদুনা রাশিগী চর, স্থির, দ্ব্যাত্মকপু মিতৈনা, চং. থোক, থর চং থর থোক কৌদুনা নক্ষত্রদা থাই, মিতৈগী মাসি মমল য়ামথ্রবা ব্যবহারনি। মহাভারততা রাশি লৈতে, হাঙৈবসি মিতৈনা খংদহনা মরাং বঙ্গালী মতৌ তমদুনা পঞ্চপাণ্ডবকী জন্ম কুঠী পুথোক্লুনা জন্মরাশি, জন্ম লগ্নগী বা হাঙৈজিনলে। অমসু মিশরনা সাবা অসিগুম্বা চীননাসু সাই, মাদুদা স্নুপনগী রাশি অহুমতা মান্নে। ঐগী ঐগী সংস্কৃতি কৃষ্টিবু মুত্তনবা ভাকপনা জাতিগী মুত্তনবা অমসু চাওখৎনবনি।

রাশি চক্রগী থৱালমচাক ময়ামগী মমুংদা নক্ষত্র ২৭কী মমিং ঐখোইনা মথক্তা হাঊখরে, মাদুদি,— অশ্বিনী=সজিক, ভরণী =থবা, কৃত্তিকা=খোঙচোংমুপী অসিনচিংবনি। মাখোই অসি মফম অয়াম্বদা থৱালমচাক অমদগী হেনবনা নক্ষত্র অমা সাবনি, রাশি চক্রদা রাশি ১২নি, মাতুদা নক্ষত্র ২৭ লৈরিবদি, রাশি অমদা নক্ষত্র অনিগা পল্লা অমনা রাশি অমদা লৈ, মাদু মথাদা উৎলিবা অসিনি।

| রাশি | নক্ষত্র |
|---|---|
| ১বা মেষ— | অশ্বিনী, ভরণী, $\frac{1}{8}$ কৃত্তিকা। |
| ২সুবা বৃষ— | $\frac{3}{8}$ কৃত্তিকা, রোহিণী, $\frac{1}{2}$ মৃগশিরা। |
| ৩সুবা মিথুন— | $\frac{1}{2}$ মৃগশিরা, আর্দ্রা, $\frac{3}{8}$ পুনর্ব্বসু। |
| ৪সুবা কর্কট— | $\frac{1}{8}$ পুনর্ব্বসু, পুষ্যা, অশ্লেষা। |
| ৫সুবা সিংহ— | মঘা, পূর্ব্বফাল্গুনী $\frac{1}{8}$ উত্তরফাল্গুনী। |
| ৬সুবা কন্যা— | $\frac{3}{8}$ উত্তরফাল্গুনী, হস্তা, $\frac{1}{2}$ চিত্রা। |
| ৭সুবা তুলা— | $\frac{1}{2}$ চিত্রা, স্বাতী, $\frac{3}{8}$ বিশাখা। |
| ৮সুবা বৃশ্চিক— | $\frac{1}{8}$ বিশাখা, অনুরাধা, জ্যেষ্ঠা। |
| ৯সুবা ধনু— | মূলা, পূর্ব্বাষাঢ়া, $\frac{1}{8}$ উত্তরাষাঢ়া। |
| ১০সুবা মকর— | $\frac{3}{8}$ উত্তরাষাঢ়া, শ্রবণা, $\frac{1}{2}$ ধনিষ্ঠা। |
| ১১সুবা কুম্ভ— | $\frac{1}{2}$ ধনিষ্ঠা, শতভিষা, $\frac{3}{8}$ পূর্ব্বভাদ্রপদা। |
| ১২সুবা মীন— | $\frac{1}{8}$ পূর্ব্বভাদ্রপদা, উত্তরভাদ্রপদা, রেবতী। |

ঐখোইনা এংবদা সুমিৎকী লম্বেমি হাইনা উবা ক্রান্তি-বৃত্তদা রাশিচক্র লৈ। সুমিৎনা বৈশাখ থাদগী হৌদুনা থা




উত্তর গোলার্দ্ধদা উবা থবালমচাকসীংগী মশকনি।

# পরিশিষ্ট।

## ভারতীয় পঞ্জিকাগী বা।

ভারত সরকারগী শিল্প বিজ্ঞান গবেষণাগী মসুংচনবা পঞ্জিকা সংস্কার সমিতিনা হান্নবা চৎনরিবা শকাব্দ ১৮৭৮দা চৈত্র তাং ৮দা ( ২২ মার্চ্চ ১৯৫৭ ইংদা) বাসন্তিকা ক্রান্তিপাতকী মতুং নোংমা কোনব দগীনা সরকারী সৌর পঞ্জী চৎপা হৌহনলে। সরকারী পঞ্জিকাগী মততা হাঙ্গৈথরবা মুমিৎ অদুদা ১নবা চৈত্র শক ১৮৭৯ হাঙ্গৈনা গণনা তৌই। ভারতকী তে ভ'ন তোঙানবা লৈপাক মযামদা তোঙান তোঙানবা অব্দ ময়াম লৈ। পঞ্জিকা সংস্কার সমিতিনা অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা অব্দ=চহিসীং অদুগী মসুংদা চহি মথল অমাবু চহি জাত অমা ওইনা (uniform) চৎহনলি। মাসিনা ভারততা মফম পুম্নামক্তা সরকারগী থবক্তা চৎনাগনি। সামাজিক আদান প্রদানদা সিজন্নাগনি। ধর্ম্মানুষ্ঠানগীদমক মহৌশাগী মখৈ চৎনরকপা নিরয়ণ মততা "চন্দ্র সৌর" (Luni solar) পঞ্জিকা চৎলনি। মতম অসিদা চৎনরিবা পঞ্জিকাদা দিন তারিখকা লোইননা ইংরাজি (খৃষ্টাব্দ) অমসু মুসলমান দিন তারিখ হাপই। হুজিক্তগীদি মাদুদা সৌর পঞ্জিকাগী তারিখসু হাপলগনি। মাদুগী অর্থদি সুপনাগী অনৌবা তারিখ অমা হাপকৎপাদগী হেনবা অতোপ্পা অমা হাপচিনবা তৌদে।

১১ নবেম্বর ১৯৫২দা "পঞ্জিকা সংস্কার সমিতি অসি শেমই। মাদুদা নোংগাখ্রবা ৺মেঘনাদ সাহানা চেয়ারমেন ওইখি। ইং ১৯৫৩গী ২১ ফেব্রুয়ারিদা সমিতি অসিনা ইহান হান্না ফমই। অদুগী মতুংদা

১৯৫৪গী ৮ মার্চ্চ অমসু ১৩ সেপ্তেম্বরদা অনিশুবা অমসু অহুমসুবা অধিবেশন তৌখি। অধিবেশনসীং অসিদা ব্বারম ভাংনাদুনা পণ্ডিতসীংগা ব্বারেপ তাখি। মাদুগী মতুংইন্না চহি মথন অমা ভারত পুমনামককী ওইনা চংহনখি।

## পঞ্জিকা শেংদোকপাগী মরুওইবা ব্বা।

বৈজ্ঞানিক ভিত্তিদা সায়ন মততা সৌরপঞ্জী জাত অমা (uniform) ভারত পুম্বদা চংপা অসিনা পঞ্জিকা শেংদোকপাগী মরুওইবা লক্ষ্যনি। হাঙ্গৈরিবা পঞ্জিকা অসিগা মতম লেপনাবগীদমক স্থপনাগী শকাব্দতা চংনাগনি। বাসন্তিকা ক্রান্তিপাত দিবসগী (২১ মার্চ্চ মহৌসাগী বাঙ্গালা ৭ চৈত্র) মাদুগী মতুং নোংমা কোনবা হাঙ্গৈবদি ৮ চৈত্রদগী চহি হৌবা ওইগনি। মরম অসিনা আলোচ্য পঞ্জিকা অসিদা সুমিৎ অহুবু ১নবা চৈত্র কৌগনি। শকাব্দ বসন্ত ঋতু হাঙ্গৈগনি মাদুম্না সুমিৎ অহুবু চহি হৌবা অনৌবা কুম কৌগনি।

অনৌবা পঞ্জিকা অসিদা সুমিৎ ৩৬৫না চহি অমা ওই, অধিবৎসর (Leap year) ওইরবদি নোংমা হেঙ্গৎকনি, হাঙ্গৈবদি চহি ৩৬৬ না চহি ওই।

অধিবর্ষ এহৎবাগী ব্বাএন,— শকাব্দদা ৭৮ তিনাশিনলু, ৩না য়েনলু লেমজ্রবদি কুম অহু অধিবর্ষনি, হাঙ্গৈনা লৌগনি। ব্বাএন অতোপ্পা অমনাবু শকাব্দদা ৭৮ তিললু মাবু ১০০না পুরিউ, ৪০০না এনথোকউ, লেমজ্রবদি অধিবর্ষনি হাঙ্গৈনা খংনাগনি।

সরকারী পঞ্জিকাদা অনৌবা নিয়মগী মতুংইন্না করম্বা থাদা মুমিৎ কয়ানা সাবগে—তারিখ ওইবাগে খংনবা তালিকা,—

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১লা | চৈত্র | ... ৩০ | অধিবর্ষদা ৩১ | হৌবা | ইং | তাং | ২২ মার্চ্চ |
| ১লা | বৈশাখ | ... ৩১ | ... | ... | ,, | ,, | ২১ এপ্রেল |
| ১লা | জ্যৈষ্ঠ | ... ৩১ | ... | ... | ,, | ,, | ২২ মে |
| ১লা | আষাঢ | ... ৩১ | ... | ... | ,, | ,, | ২২ জুন |
| ১লা | শ্রাবণ | ... ৩১ | ... | ... | ,, | ,, | ২৩ জুলাই |
| ১লা | ভাদ্র | ... ৩১ | ... | ... | ,, | ,, | ২৩ আগষ্ট |
| ১লা | আশ্বিন | ... ৩০ | ... | ... | ,, | , | ২৩ সেপ্তেম্বর |
| ১লা | কার্ত্তিক | ... ৩০ | ... | ... | ,, | ,, | ২৩ অক্টোবর |
| ১লা | অগ্রহায়ণ | ... ৩০ | ... | ... | ,, | ,, | ২২ নবেম্বর |
| ১লা | পৌষ | ... ৩০ | ... | ... | ,, | ,, | ২২ ডিসেম্বর |
| ১লা | মাঘ | ... ৩০ | ... | ... | ,, | ,, | ২১ জানুয়ারী |
| ১লা | ফাল্‌গুন | ... ৩০ | ... | ... | ,, | ,, | ২২ ফেব্রুয়ারি। |

# সরকারী পঞ্জিকাগী ঋতু ঠাবা।

ফাল্‌গুন, চৈত্র = বসন্ত, বৈশাখ, জ্যৈষ্ঠ = গ্রীষ্ম, আষাঢ, শ্রাবণ = বর্ষা, ভাদ্র, আশ্বিন = শরৎ, কার্ত্তিক, অগ্রহায়ণ = হেমন্ত, পৌষ, মাঘ = শীত।

ভারত সরকারগী ঋতু গণনা অসি হান্ননা শ্রদ্ধেয় ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনা খৃষ্টাব্দ ১৮৫০ বাইদা মাসিগুম্না ঋতুগণনা তৌবসি হৌদোকখ্রমলে। (বর্ণ পরিচয় ২য় ভাগতা এংবিয়ু) খৃষ্টাব্দ ৩১৯দা চৈত্র পূর্ণিমাদা

বাসন্তিকা ক্রান্তিপাত বিন্দুগা তিন্নবা সুমিত্তগী গুপ্তাব্দ চৎপা হৌরমই মতম অদুদা ঋতু গণনাদা মাসুম্না তৌরমই,— চৈত্র, বৈশাখ=বসন্ত, জ্যৈষ্ঠ, আষাঢ=গ্রীষ্ম, শ্রাবণ, ভাদ্র=বর্ষা, অগ্রহায়ণ, পৌষ=হেমন্ত অমসু মাঘ, ফালগুন=শীত ঋতু। ভারতবর্ষদা মাসুম্না ঋতুগণনা তৌবা অসি কুইনা চৎনারমই। তৌইগুমসু খৃষ্টাব্দ ৩১৯দা চৎনরম্বা ঋতুগণনা অদু চহি চা তারাতরুক সুরদুনা সোইরবামক্তদা অসুমক চত্তুনা লৈবা অসিগী হোংদোক্লবা বিদ্যাসাগর মহাশয়না হোৎনারম্বনি।

অয়নগী খোঙচৎনা চহি ৭২দা নোংমা তুংলোমদা হনথাখি, হিসাব অসিদা গুপ্তাব্দ হৌবাদগীনা হুজিক ফাউবা ঠাদুনা এংলগা ঋই ঋতুপুম্বা নুমিৎ ২৩নি তুংলোমদা হন্দোকখরে, অর্থাৎ ১লা চৈত্রদা বসন্তঋতুগী সূত্রপাত ওইরম্বা অদু হুজিক্তি ওইদরে। হুজিক্তি ফাল্-গুনগী ৭ তারিখতা বসন্ত ঋতু হৌরে। অদুনা সরকারী পঞ্জিকানা পণ্ডিত বিদ্যাসাগরগী ঋতু গণনা অদু লৌরে, অদুনা চুমলে।

## ভারতকী রেখা দেশ।

উজ্জয়িনী লৈপাকনা ভারতকী পঞ্জিকা গণনাগী ময়াই কেন্দ্র ওই। মহাক্তি অংশ ৮২।৩০ পূর্ব্ব দ্রাঘিমাংশনি, অমসু অক্ষাংশ ২৩।১১ কলানি। উজ্জয়িনীগী মধ্যরেখাগী অহিং নোংয়াই ঘ ১২দগী সরকারী পঞ্জিকা নোংমা হৌই। মাহুগী মতুংইন্না গণনা তৌই।

### অয়ন গতিগী সমস্যা।

লেংদবা রাশিচক্রগী মথক্তা ইতংতক্তনা বিষুবগী তপনা তপনা চৎপবু অয়ন গতি কৌই। অসিগুম্বা অয়ন গতি অসিনা মরম ওইদুনা

ঋতু ময়ামনা তপনা তপনা মথং মথং তুংলোমদা হন্দোকর্দি। শীতনা ময়ম ওইহনা ঋতু সীংনা লাকপা অসি মতম ওর্নখ। অক্রবাগী মশকমি অয়নগী গতিগী মান—চাংগী মরমদা জ্যোতিষ সিদ্ধান্ত কারসীংগী মত তিন্নদবাদগী সায়নবর্ষ হৌবা মান্নাদে। মখোই অহগী মততা অয়ন গতি অসি মখল তনি থোকই, অমসু চহি অমগী খোংচৎসু মত য়াম্না তিন্নাদে। চহি চা কয়ামুক চুপনা ভারততা লম লমগী অয়ন গতিমাম তিন্নাদবনা পঞ্জিকা সেমদুনা অমগা অমগা ইমান মান্নরক্তে। হৌজিক্কি ভারতকী পঞ্জিকা সংস্কারক কমিতিনা আধুনিক জ্যোতির্বিজ্ঞানগী অচুম্বা অযনগতি চহিগী বিকলা ৫০ লৌদুনা পঞ্জিকা সংস্কার তৌরে। ঐখোইনা মাসিমাসু হাঙ্গদবা ঙমদে মতম অমুপ কুইবা অসি ভারতকী পণ্ডিতসীংনা কংবা ঙম্লক্ত্রবা অযন গতিসিবু মিতৈনা ওস্থোকনা কুইখ্রবা মতমদনা অয়ন গতি কলা ৫০ ওইনা অসুনক সিজিন্নবমই। হৌজিক্কি মখাদা অয়নগতি অথন অনি মাদুগী বার্ষিক গতি তিন্নাদবাগী মরমদা খজিক্কং সন্দোক্ত্রনা আলোচনা তৌরি,—

মত অনিথোকপা পণ্ডিতসীংগী মততা অযন গতি অনিথোকই। মাদুদি, ১ ঘড়ীগী দোলক অহাইবানা এৎলোমদা অমোক, ওইরোমদা অমোক হাঙ্গবাগুম্না অয়ন গতিনা এৎলোমদা অমোক ওইবোমদা অমোক -হৌজৎলদা চৎলি অগুম্না পণ্ডিত কাংবু অমনা হাঙ্গ। মাসিগুম্বা অয়নগতি সিবু ইংরাজিদা Pendulam theory কৌই। মাসি সূর্য সিদ্ধান্ত নাচিংবনা মত অসি লৌই, বাঙ্গলাগী স্মার্ত রঘুনন্দন ভট্টাচার্যসু মহাক্কী স্মৃতিতত্বদা মত অসি লৌবা ওইনা হাঙ্গরমই। তৌইগুম্বগু মত অসিদা ঘরীগী অহাঙ্গবাগুম্না এৎলোমদা অংশ ২৭˘ ওইরোমদা ২৭˘ হাঙ্গদুনা

অংশ ৫৪° চত্তুনা অয়ন গতিনা স্থপনাগী অংশ ১০৮তা চৎলি, হাঙ্গৈবা মত অসিদি হুজিক্কি ইখল্লাইনা লৌনদরে। মরমদি রাশিচক্রদি পুল্পনা অংশ ৩৬০নি। পক্ষ অমাদনা করিগুম্বা অরেপ্পা বিন্দু অমাদগী অয়ন গতি হৌদুনা রাশিচক্র পুম্বা কোঙ্গৈবা থুংলগা অমোক হংম্নাগী মফমদা হল্লকই, হাঙ্গৈবা অসিনা বিজ্ঞান সম্মত ওইবা হেল্লি। মত অসিবু ইংরাজিদা Revolutionary theory কৌই। মত অসিগী মতুংইন্না চহি ৭২দা অংশ অমা অয়ন গতিনা তুংলোমদা চৎলি, অদুনা চহি ২৫৯২০দা (৩৬০ × ৭২) অয়ন গতিনা রাশিচক্রদা মপুং ফাই। মরম অদুনা ঋতুগী খোঙচৎনা চৎথোকখিবনা অমোক হাম্নাগী মফমদা হল্লন- লকই। হাঙ্গৈরিবা মত অসি মিতৈনা কুইখ্রবা মতমদগীনা চৎলকই(১)। চহি ৭২না নোংমা ওইবাবু মিতৈনা লাইগীদা পুঙ ৭২না নোংমা ওই, অদুম্না লাইসোন ওইনৈ।

---

(১) অয়ন গতিবু মিতৈগী পয়ানা বারি ওইনা পুথোকই, মাদগী অসম্বদি — লাই ষরোই হমফুমাথোই, লাইগী পুংলুপতি হমফুতরামাথোইনে। পুঙ ৭২না লাইগী নোংমা সাএ। লাইনিংথৌহনবা, মোংবাহনবা, চাথাবা, থমলাংবা, নাওকনবা, অমসু মুবাংনিংথৌ লাই তরুকমানা পুঙ তরুক্তি পুথরে। পুঙ হমফুতরুক্তা মঙাই- হোরে। অদুগী তুংদা ফমদো অপান্বা লাই মঙানা পুঙ মঙা অমা পত্থনা লুপথরে। মীগী পুঙদি হমফুমাথোইতা মঙাইহোরে। মপান্দদি পুঙ হমফুমরি চৎলিএ। অসিনা লাই ষড়াই হমফুমাথোনে। মরম অসিনা মনুংদা লাইনা পুঙ ৭২না নোংমা ওইন- ডুনা লাইশোন ওইনারিএ। মীপোংগী পুঙলুপনা অমনে। তিন্নাইগী পুঙলুপনা অমনে অসিনাচিংবা লাইসোনদা পুঙ ৭২ নোংমা ওইবদি চহি ৭২না নোংমা ওইবা অয়ন চলনবু হাঙ্গৈবনি।

| হঙৎহন্দা হাঙ্গবা অয়ন থোঙচকী চাং। | পুলপ কোইহনা চৎপা অয়ন গতিগী চাং। |
|---|---|
| ১। সূর্যসিদ্ধান্তগ্রন্থগী মততা বিকলা ৫৪ | ১। মুঞ্জাল ভট্ট ··· ৫৯″ ৯″ |
| ২। সোমসিদ্ধান্ত ,, ,, ,, | ২। ভাস্বতী ··· ৬০″ ০″ |
| ৩। সাক্যসিদ্ধান্তগী ,, ,, ,, | ৩। গ্রহলাঘব ··· ৬০″ ০″ |
| ৪। লঘূবশিষ্ঠ ,, ,, ,, | ৪। সিদ্ধান্তদর্পণ ( উরিষ্যা চন্দ্রশেখর সামন্ত) গ্রন্থ ৫৭″ |
| ৫। পরাশরসিদ্ধান্ত ,, ,, ৫২″৩১″ | ৫। হৃজিকী কালগী জ্যোতির্বিজ্ঞান অমসু প্রাচীন মণিপুরগী মত ৫০″ |
| ৬। আর্যশতশতিকা ,, ,, ৪৩″২৫‴ | ৬। বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকা ৫০″৩‴ |

## অচৎপা অয়ন গতিগী চৎতবা ব্যবস্থা।

পঞ্জিকা সংস্কার সমিতিনা অয়ন গতিগী বার্ষিকমান ৫০″ বিকলানি অসুম্না লেপতুনা পঞ্জিকা শেংদোকই। ইং ১৯৫৬সুবা চহিদা ২১ মার্চ্চদা রাশিচক্রগী লম্বেনদা অয়ন গতিনা অংশ ২৩°—১৫′ ওই, অসিগুম্বা অকম্বা অসিদা অদুগুম্বা গতিবু মতম কুইনা লেংদনা লৈরবনি, অসুমনা কল্পনা তৌদুনা সমিতিনা পঞ্জিকা সংস্কার তৌই। রাশিচক্র কোবা শুমিৎকী লম্বেনদা অচৎপা অয়ন গতিবু মতৌ অসুম্না তৌদুনা ২৩° ১৩′ কলাদা পুন্দুনা ভাবনা লেংহন্দনা থমজিনলি।

ঐথোইনা মথক্তা হাঙ্গথরে, মাতুদি চাহি ৭২দা রাশিচক্রদা ঋতুনা অংশ অমা লানথোকই, মাতু তৌবদগী ঋতুনা নোংমা মতুংলোমদা

চৎথৈ। মসিগী মসিগী মতুংইন্না নিরয়ণ মেষরাশিগী অহৌবা বিন্দুদা বাসন্তিকা ক্রান্তিপাতগী মতমদা ওইরম্বা ঋতু অতুনা ৩৬০ × ৭২ = ২৫৯২০ চহিদা অমোক হল্লকনি। পঞ্জিকা সংস্কারক কমিতিনা অমেকি হল্লকদবা অয়নগতিবু লেপ্তুনা লৈবা ওইনা লৌবানা চাওরাক্লা মান্নদবা থরা য়াওরক্কদবা অদু লৌথোকপা কোকনবাগীদমক গণিতকী নিয়ম অমা পুথোকই। মাদুদি সমিতিনা সায়ন মাহ্ন হাঙ্গিল্লগা সচলবর্ষ (Tropical year) সেমদোকই। মাদুগুম্না সচল বর্ষমানসু লৌই। অসিগুম্বা সচল বর্ষমান অসিনা নাক্ষত্রিকী বর্ষমানদগী (Sideral year হায়না চৎলম্বা) তেনলি। মরম অদুদগী বিকলা ৫০″ খক চহিদা হেনগৎপাগী মতম থরদি সোইনরোই। তৌইগুমসু মতুংদা য়ামনা কুইরবদি অয়ন গতিনা য়ামনা লাপনা চৎখ্রবদি মতম অদুদা লেংদবা অয়নগতি অমু লেংদনা লৈবা ওইরোই। মরমদি সচলবর্ষগী মাননা নাক্ষত্রবর্ষগী মানদগী থরা হনথবা মরমদগী অয়ন গতিনা বর্ষমান অদুবু হেনখ্রবদি সংস্কার তৌবা তাই, মাদুগী সংস্কার অদু করম তৌগদগে হাঙ্গবা অদু সরকারী রিপোর্টতা মাহ্নগী নিয়ম লোইননা হাপলবদি য়ামনা ফরমগনি।

**ঋতুদা তোৎবা চহি:—** ভারতবর্ষদি ঋতু তরুকমুনা লৈ। লৈপাক অসিদা মীওইবাগী পূকনিং হকচাং অনিমকতা অমসু হিংহনা পানবাদাসু ঋতু তরুককী পাঙ্গল য়ামনা কন্না চংই। বাসন্তিকা ক্রান্তিপাত বিন্দুগী তিন্নাবদগী ঋতু পোকই, লেংদনা লৈবা নিরয়ণ মেষরাশিদা সুর্যনা লৈবদগী ঋতু পোক্কে। অয়ন গতিদগী পোকপা ঋতুসীংনা চহি ৭২দা মতুংদা নোংমা মোংমা চৎথৈ। মাদুম তৌদুনা ঋতু অমা মপুং ফাবদা থা অনিনা ঋতু অমা মপুং ফাই। মাহ্নমা চৎথাবদা চহি ৪৩২০

চংই। চহি ২৫৯২০দা ঋতুপুম্বা হাম্নাগী মকমদা অমোক হললকই। গুপ্তাব্দ হৌগংপা মতমদা (হাঙ্গৈবদি খৃষ্টাব্দ ৩১৯) ঋতু পুম্নামক লৈরম্বা মফমদগী তুংলোমদা হুজিক নুমিৎ ২৩নি, খিক্তং হেন্না হনথারকলে। মরম অদুদগী পঞ্জিকা সংস্কার সমিতিনা সৌর চৈত্র তাং ৮দা চৈত্র অহানবা তারিখ ওইনবা অসি চপ চাবা অচুম্বনি।

বৈদিক যুগতা চহি হৌবাগী পরেং:—বৈদিক ঋষি সীংনা ঋতু খুদিংগী চহি অমা চুপনা যজ্ঞ তৌই, অদুনা মাখোইগী মড়ীদদি যজ্ঞ অমসু ঋতু ৱাহৈ অনিসি অর্থ অমত্তনি। ঋতু ওন্না-তৈনারবদি যজ্ঞ তৌবা য়াদে, অদুনা মাখোইনা ঋতুসীংগী বিকল্প ওইরে, হাঙ্গৈবা খংবগা মতম অদুদা চহি অচৎপা অমসু ঋতুমাস হৌবা হোং-দোকলমই। অদুগা চপচাবা মতমদা যজ্ঞ তৌরমই।

বেদ হৈবা পণ্ডিত সত্যব্রত সামশ্রমীনা কালচক্রগী অর্থ পুখোক্কে হাঙ্গৈদুনা গ্রীষ্ম, বর্ষা, হেমন্ত ঋতু অহুম অসিদা থা ১২দা ঋতু চক্রনা অমোক ওনবাবু ব্যাখ্যা তৌরমই। মরম অসিদগী সামশ্রমীগী মততা বৈদিক যুগতা থা মরিনা ঋতু অমা, ঋতু অহুম্না চহি অমা ওইবাগী ৱাএন লৈরমই।

পুনর্ব্বসুদা বাসন্তিকা ক্রান্তিপাতদা চহি হৌরম্বা:— বৈদিক সংস্কৃতিগী কোংদোকপাদি পুনর্ব্বসু নক্ষত্রদা বাসন্তিকা ক্রান্তিপাত বিন্দুগী তিম্নারা মজমনি। বালগঙ্গাধরতিলকনা The Archaic Home in the Vedas গ্রন্থদা চয়ন গতিদা মুরম ওইদুনা মহাক্না মতম খ্রিঃ পূঃ ৮০০০—৬০০০দি হাইদুনা পুখোক্কই। মফম অদুদা মেষ ক্রান্তিপাত বিন্দুনা পুনর্ব্বসু নক্ষত্রদা তিম্নরমই।

পুনর্ব্বসু নক্ষত্রগী দেবতাদি অদিতিনি। মতম অদুবু কৃতযুগ মাদু হাঙ্গৈত্রগা আদিকাল—অহালবা মতম কৌরমই। অদিতিদা যজ্ঞ হৌই অমসু লোইরমই মাদুগী প্রমাণ মন্ত্র ময়ামদা যাম্না লৈ। অদিতিদগী আদিত্য তরানিথোই পোকই, আদিত্য তরানিথোই অসি সম্বৎসবগী থা তবানিথোইগী সূর্যরশ্মিগী তোঙান তোঙানবা ক্রিয়াশক্তিগী পরি-চয়নি। মরম অসিনা পুরাণনা মাসিগী মবমদা সন্দোকনা ব্যাখ্যা তৌই। শ্রীভাগবত দ্বাদশ স্কন্ধদা সন্দোকপা উই। বেদগী মততা মীতৈবাসীংগী মসুংদা মৈগী ধ'বাবু ব্রাহ্মণ কৌই, মাদুমনা নুমিৎকী ধারাবু ক্ষত্রিয় কৌই। মিতৈগী নিংথৌজা, লুৱাং, খুমন, মোইরাং, চেংলৈ, খাবা, ঙানবা অমসু অঙোম মাখোই মসি ঋতুগী মমিংনি। ঋতু মঙা, তরুক অমসু ত্রবেৎ থোকনা খাঙ্গদোকপনা মৈতৈগী এক-মলাই ওইনাবা অসিদি বেদতদা বেদনা হাঙ্গৈবনি, মাসি য়ামনা শেংখ্রবা ক্ষত্রিয় জাতিনি, হাঙ্গৈনা বেদনা হাঙ্গৈ, মাদুবু বেদব্যাসনা মহাভারততা আদি পর্ব্বদা ব্যাখ্যা তৌই।

## মৃগশিরাদা ক্রান্তিপাত ওইবদা মার্গশীর্ষবর্ষ ওইবা।

পুনর্ব্বসুদগী অয়ন গতিনা মৃগশিরাদা ক্রান্তিপাত ওইরবদা বৈদিক ঋষিসীংনা ঋতুগী ওম্নারকপা উরহনা শেংদোক্লমই। মতম অদুদা মৃগ শিরা নক্ষত্র হাঙ্গৈবদি শাচুং তেলহৈবদা বাসন্তিকা ক্রান্তিপাত ওইরমই। মাদুদগী চহি হৌরমই। মহাত্মা বালগঙ্গাধর তিলকনা মাদুবু বিং সিঃ ৫০০০—৩০০০নি, হাঙ্গৈনা বিচার তৌরমই। মতম অসিদা প্রাচীন

পঞ্জিকা সংস্কার তৌরমই। মৃগশিরাবু অগ্রহায়ণী কৌই। অর্থনা অগ্র=অহানবা, হায়ন=চহি হাঙৈবনি, অর্থদি চহিগী অহৌবা হাঙৈবনি।

# মিতৈগী খোঙচোংনুবী নোঙ্গারোল।

মিতৈগী খোঙচোংনুবী নোঙ্গারোল কৌবা লাইবিক অমা লৈ। মাসি তাইবংপানবা মী নতুনা নগুম্বা প্রাচীন সাহিত্য অসি কর্ব করিগুম্বদা য়াম্না তাঙনা ফংবা লাইবিকনি। লাইবিক মচা অসিশক অসিনা মণিপুর-গী লেইখিনা মিতৈ জাতিবু ভুইংদা যোংদেবননা চংলবা-ভাল্লবা মৈরা অমনি। পৃথিবীদা ফাউর্বিবা লগধগী বেদাঙ্গ জ্যোতিষ অসিনা কোন্না পুখোকপনি, লাইরিক অসিনা মিতৈদা থোরকপা মতম অসি, মহাত্মা বাল গঙ্গাধরতিলকনা পুখোক্লমই, মাদুদি খৃষ্টাব্দ পূর্ব্ব ৩০০০—১৪০০ বর্ষনি খোঙচোংনুবী নোঙ্গারোলগী মমৈথংবা যুগতা বেদাঙ্গ জ্যোতিষ পুখোকই। মাদুমনা নক্ষত্রসীংগী তালিকা ভারততা শেমদোকই। মাদুদা রামায়ণ মহাভারতনাচিংবা হিন্দুগী প্রাচীন সাহিত্যশীংনা মাংডোন্দা আধার ওইহনা খোকপনি। ফলিত জ্যোতিষগী দশা এংবাগী দশা বিচারসু যুগ অসিগী পরিস্থিতিদা হাপ্তুনা তৌবনি।

# ভারততা চৎনরিবা চহি কয়ামুক লৈরি মাখোই অদুগী খরাগী পরিচয়।

পাণ্ডবকাল নত্রগা যুধিষ্ঠিরাব্দঃ— যুধিষ্ঠিরনা নিংথৌ ওইবগী হৌরকপা চহিনি, মতম অদুদা সপ্তর্ষিনা মঘা নক্ষত্রদা লৈরমই।

বরাহনা মাতুগী মতম গণনা তৌদুনা পুথোক্লমই, মাহাদি খৃষ্টাব্দ পূর্ব্ব ২৪৪৯ নি, সপ্তর্ষিনা নক্ষত্র অমদা চহি চামা লৈ।

কল্যব্দঃ— পৃথিবীনা চৎলি, সুমিৎনা ময়াইদা লেংদনা লৈ, হায়বাবু বেদদগী লৌদুনা তাইবংপানবদা মহাকনা ইহান হান্না তাকপা আর্যভট্টনা কল্যব্দ কৌবা চহি অসি পুথোক্লমই। চহি অসিগী মিতৈগী "কুম"গা মশা অমত্তুনি।

বিক্রম সম্বৎ— উজ্জয়িনী লৈপাক্কী সম্রাট বিক্রমাদিত্যনা "সম্বৎ" হায়বা চহি অসি হৌদোক্লমই। চহি অসি চৈত্রদগী হৌই, থানা পূর্ণিমানা লোইনৈ। চহি অসি অবাং থংবা ভারততা মকয় অয়াম্বদা চৎনৈ।

শকাব্দ— সম্রাট শালিবাহননা চহি অসি হৌদোক্লমই, মহাক্কী চন্দ্র বৎসর চৎপা কাংবুনা চৈত্র শুক্লপ্রতিপদতগী হৌই। সৌরমাস চৎপনা বৈশাখগী তারিখ অমাদগী হৌই। কুমসিদগীদি ভারতপুম্বনা লেপনাবনা ২২ মার্চ্চদগী শকাব্দ ১৮৭৯ হৌবা ওইরগনি। মরম অসিনা ভারতনা চহি চৎনারিবা অসি মশক থংগদবনি।

# চহি মথল অহুম।

চহি মথল অহুম থোকই। মাদুদি— নিরয়ণ বর্ষ, সায়নবর্ষ অমসুং চান্দ্রবর্ষ। নিরয়ণবর্ষ অমসুং সায়নবর্ষ চহি মথল অনি অসিদি সৌরবর্ষগী মখুং চনবনি।

নিরয়ণ বর্ষ— নিঃ + অয়ন, নী অর্থদা নিঃ = লৈতে অয়ন = খোজনা মহাকী মহাকী সূর্য [illegible] চৎতবা মাহু হাইরগা [illegible]

মতুং ইন্না তোংদোক্লবা লেংদবা চহি হাঙ্গবনি। সুমিৎনা লেংদবা থব্রাল মচাক অমদগী হৌতুনা চৎখিবনা অমোক থব্রাল মচাক অতুদা হুপ্পনলকপদা চংবা মতম অতুনা নিরয়ণ বর্ষ অমা শাই। রাশি চক্র লেংদবা চত্তবনি, মাতুমনা নক্ষত্রসীংস্থু চত্তবা মফম হোংদবনি। মরম অসিদগী মেষরাশিগী আদি বিন্দু অশ্বিনী নক্ষত্রদা সুমিৎনা লৈবা মতম পৃথিবীগী দৈনিক আবর্তননা মথং মথং উরুরু লৈদুনা লাক্লুনা মফম আদি বিন্দু অতু অমোক যৌবা মাতুদা দিন ৩৬৫ ঘণ্টা ৬ মিনিট ৯ সেকেণ্ড ৯ ৭ চংই, মাসিনা ওইবা চহি অহবু নাক্ষত্রিকী বর্ষ মাতুম্না হাঙ্গদ্রগা অচলবর্ষ কৌই।

সায়ন বর্ষ,— "স+অয়ন" খোঙচৎকা লোইনবা হাঙ্গবনি, মাতুদি অচৎপা চহিবু সাযনবর্ষ কৌই। বাসন্তিকা ক্রান্তিপাত বিন্দুনা লৈবা মফমদা সুমিৎনা লৈবদগী হৌদুনা পৃথিবীনা উরুরু লৈদুনা লৈদুনা মফম অতুদা পমোক হল্লকতুনা লৈরবদা চংবা মতম অতুন সায়ন বর্ষ অমা শাই। মাসিগী অসম্বা অর্থদি বাসন্তিকা ক্রান্তিপাত বিন্দু লৈবদগী হৌদুনা সায়ন বর্ষ সাই। ঋতুগী প্রভাবনা চংলকপদি মাসিদগী হৌই। তৌইগুমস্থু নিরয়ণ মেষাদি বিন্দুদা লৈবদ্রগীদি ঋতুগী প্রভাব সন্দোক্তে।

সায়ন বর্ষনী পরিমাণদি দিন ৩৬৫ ঘ ৫ মিনিট ৪৮ সেকেণ্ড ৮'৫নি অয়ন গতি লৈবা মরমদগী বাসন্তিকা বিন্দুপাত্রনা চহি অমদা সেকেণ্ড ৫০ (বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকাগী মতভা সেকেণ্ড ৫'৩) রাশিচক্রগী আদি বিন্দু মেষ রাশিদগী মতুংলোমদা চৎলি। মাতুম হৌদুনা চহি ৭২দা অংশ ১ চৎথোকখিবনা চহি ৭২ দা। মোয়া তুংদা হক্তোক্তুনা মাতম

মাতুম। হাঙ্গৈত্রগা সচল = অচৎপা চহি হৌই। বিজ্ঞ শাস্ত্রদগী ঐখোইনা খংই, মাতুদি,— খৃষ্টাব্দ ৩১৯দা মেষগী আদি বিন্দুদা বাসন্তিকা ক্রান্তি-পাত বিন্দু লৈরমই। খৃষ্টাব্দ ৩১৯দগীনা মতম অসিগী খৃষ্টাব্দ থাউবা মসিং থিববদি কুমসি চহি ১৬৩৮ শুরে।

চহি ৭২দা অয়ন গতি অংশ ১ ওইরবদি, মথক্কা লৌখৎলিবা মতম অদুগী মনুংদা আলোক অপসরণ সংস্কারগা লোইনারবদা চাওরাক্কা ২৩° ১৫′ কলা ওই। মরম অসিদগী মতম অসিদা মেষ রাশিগী আদি বিন্দুদগী অংশ ২৩° খিত্তুং কেন্না মতুংলোমদা হন্দোকনা বাসন্তিকা ক্রান্তিপাত ওইরে। হিসাব অসিদা ক্রান্তিপাত দিননা অহানবদা চৈত্র তাং ৩০ ওইরম্বদগী মুমিৎ ২৩নি হঙ্গৎখরে, অদুনা হুজিক্কি চৈত্র তাং ৭তা ক্রান্তিপাত ওইরে। মরম অসিদগী ভারত সরকারনা নৌনা হো-দোকপা চহিনা চৈত্রগী তাং ৮দা হৌই, অদুনা মাসি তাইবংপানবগী শাস্ত্রপুম্বাদগী মানা অহানবা বেদদগীনা হুজিক ফাউবদা চৎলিবা শাস্ত্র পুম্বাগী মান মর্যাদা ঙাক্কুনা ভারতকী ঋষিগুম্বা পণ্ডিতসীংগা লোইনা-ডুনা ভারত সরকারনা প্রাদেশিক সরকার পুম্বাগা তান্নাগুনা লেপখ্রবনি।

## কুমসি শকাব্দ ১৮৭৯ শুবা চহিগী মরুওইবা থোদোক।

ভারতবর্ষদা নয়া পয়সা চৎপা হোবা অমসুং মতম কুইনা মোৎতুনা লৈরবা পঞ্জিকা সেংদোক্নুনা বৈজ্ঞানিক ভিত্তিদা ভারতপুম্বাগী ওইনা পঞ্জিকা অমা হৌদোকতুনা চৎপা থবক অনিসিনা কুমসিগী ইংখ্রাইমক্তগী হেনবা থোদোকখি। মাহুম তোতুনা থর্মদা শেংদোকপা

অসি বেদকালদগী হৌনা হুজিক কাউবা মথং মথং তৌরক্লবনি। মাসিতনা ধর্ম্মবু ভাকতুনা হুজিক কাওবা হিন্দু জাতিনা তাইবংপানবদা হিংহুনা লৈরিবনি, নত্রবদি হিন্দু জাতি লৈরমই হাঙৈবা হুজিক্তি কাউ শুগদবনি। মস্মুম তৌদুনা হোংদোকলকপা অসি মাম্নপ য়ামলে, হাঙৈনা সিংথাবা ভমদরে। ঐখোইনা মহাভারতনাচিংবা প্রাচীন গ্রন্থ সীংদা ইচোই চোইনা লৈবা ময়াম অদু উবা ফংই। ইকুই কুইদনা হাঙৈরবদা কলি অসিমক্তদা হোংলকপা মক্তদা মসিং লাকপা ভমদনা য়ামখরে। থূদমগীদমক কলিগী থজিক্তুং লৌখৎলবদা—

'অশ্বমেধং গবালম্ভং সংন্যাসং পলপৈত্রিকং।
দেবরেণ সুতোৎপত্তিং কলৌপঞ্চ বিবর্জয়েৎ।

অশ্বমেধ যাগ তৌবা, গবালম্ভ যণ হাৎপা যাগ তৌবা, সংন্যাস তৌবা (ব্রাহ্মণ নত্তবনা লম্বোইবা) পিতৃকর্ম্ম-শ্রাদ্ধদা শা, ভা পীজবা মতৈনা মনাও নিপানা মচাপীবা মভা অসি কলি যুগতা য়াদ্রবা অম্মুম্না ময়ম্না ভাংনাদুনা তোক্লখরে। মাম্নুম তৌদুনা ময়ামনা লেপনখরবা ষা অসিদি বেদনা হাঙৈবগা চপমান্নরা লৌগদবনি, অম্নুম্না শাস্ত্রনা হাঙৈ অমসু চৎনরি,—

'সময়শ্চাপি সাধুনাং প্রমাণং বেদবৎভবেৎ।'

ভারতীয় জাতিসীংগী অসিগুম্বা চৎনবিসি মিতৈনা হেন্না চেৎনা মহৌশানা ভাকলমই। থূদমগী দমক হাঙৈরবদি, নোংথ্রং ৱাএন লাইরিক অসিনাচিংবানি। ইকুইবু কুইদরি, স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ, কে, সি, এস, আইগী ম্না মহাকথকতা থাগেগী পীবা, অমম্ম অত্তম অথোসীংগা লোইননা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দগী অগ্রদা লেপনাথিবা পুম্নামক অহু ঐখোইনা

হুজিক ঙাকই। এক যলাই তিন্নবা যাইরুক তিন্নবানা পোকপা মচা, চাখম সেনাক ফাউবা য়াদবা অসিনাচিংবা লেপলমই, মাতৃবন্ধুদ: পিতৃবন্ধু দা পুরোন অসুপ হাঙ্গৈবা করুমই। শ্রীবাধাজন্মদা মুমিৎ য়ুংবদা পারণা তৌবা ব্রাএন অসি তোক্লসি মতুং নোংমা কোনবদা বৃষভানু উৎসবতা পারণা তৌর্নসি শ্রাদ্ধ মুমিতা জ্ঞাতি চাক চাবা, ঙা চাবা তোক্লরসি হাঙ্গৈনাখিবা, মাতু হিঙোলনা ফকলোংদা ইতুনা কৈথেন থুদিংদা থেংখিবা অতু হুঙ্জক ফাউবা ঐখোইনা ঙাক্কবা য়াদে, অসিগুমবা লৈপাকনা নিংথৌনা মাসিদি তৌনারমুসি হাঙ্গৈনাখরবাবু ঙাক্করর্বাধ ঐখোইনা তাইবংদা জাতি অমা ওইনা হিংবা ঙম্বা হৌনদে অদুনা শাস্ত্রনা মাসুম ঙাংনাখ্রবাবু বেদগী বচনমকনি, হাঙ্গৈনা লৌ অসুম ব্রাএন তৌরিবা অসিনি। মিতৈদি লৈপাক নিংথৌ হৌদুনা তৌবা নত্রবাসু মহাক মহাক্কী যাগৈতনা যলাইতনা ঙাংনখ্রবাসু বেদগী ব গুম্বা ঙাক্লারকই, কনাগুম্ব যাগৈনা মাইরেন চানারমুসি, হাঙ্গৈখিবনা মাইরেন চারুরগা মশাদা থুদম পাল্লি হাঙ্গৈনা ঙাকনরি, মাসুম্বা তেরা চংনাখরুরমুসি ঙাংনাখিবনা হুজিক যলাই অদুনা তেরা চারুরগা মশাদা পানর্বা উনরিবা অসিনি।

চুম্লাগী লৈপাক অমতুনা তৌবা নত্তনা ভারতবর্ষ পুম্বনা হৌদুনা চহি ৬৮ চুপনা হোংনরকতুনা ঋষিগুম্বা পণ্ডিত পুম্নামক্কা প্রাদেশিক সরকার পুম্নাগা তান্নারদুনা মাসি চৎনারসি হায়গী তোক্লারসি হাঙ্গৈনা লেপনাখ্রবা, নখোইসু চৎলো হাঙ্গৈদুনা পীরকপাবু ঐখোইদি ইকোই হাঙ্গৈবাসি চুম্লাগী আধ্যাত্মিকতদা শোকপা নত্তনা আইনগী থোংদসু ধর্মদাসু পুমনামক্কা অপরাধীনি, হাঙ্গৈবাসি; ময়েকনা তাবনি, ইত্যলংবিস্তরেণ।